# নুপীগী খোঞ্জেল

(মীত�ৈ অশেবীশিংগী শৈবেং খোমজিনবা)

অবেংবা :

**বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেম**

অবেংবগী কাংলুপ :

ঙাঙোম একাশিনি

ডাঃ ইবেমহল

দোনেশ্বর কোন্সম

শাপম বিজয়া




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি

ইম্ফাল

**NUPIGI KHONJEL**

*The Women's Voice* An anthology of Manipuri Women Poets Ed by Birendrajit Naorem, Manipuri Literary Society C/o Manipuri Hindi Parishad, Assembly Road, Imphal - 1993

**Rs. 40/-**

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা কোন্ডবা | : | ১২ ডিসেম্বর ১৯৯৩ |
| মশীং | : | ৭০০ |
| অকোন্ডবা অমদি | | |
| ফংফম থোকপা | : | মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল |
| মখুম | : | থোইদিংজম তোম্বী |
| মমল | : | মূল্য ৪০/- |

---

নম্বম : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটারাইজ্ড), পাউনা বাজার, ইম্ফাল – ৭৯৫০০১

# য়াহৈ খরদং

মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসি অতৈ সহিত্যাগী মচলশিংগা য়েংনরুরবদি খোঙজেল য়াঙনা চেঙ্গরিবা ঈচেলগুম্বনি। অসিগুম্বা শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদা নুপী শৈরেং ইবীনা শরূক য়ারকপসি ৬০ গী অরোইবা শরূকগীতনি। তশেংনমক নুপা শৈরেং ইবশিংগা য়েংনরুরবদি য়াম্নমক শোৎথহৌরবনি। অদুবু চৎলিবা চহী খরা অসিদা শৈরেং ইবী কয়া মথং মথং থোরকুনা শোৎথনা লৈহৌবা অসি মেনখৎনবা হোৎনরকলি। অদুবু হৌজিকমক্তি ঈচেল কল্লবা নুপাগী শৈরেং মরক্তা নুপী অইবীতগী ওইবা অপুনবা খোঙ্গেল অমা তাবা ফংগ্রি। মরম অসিনা সাহিত্যগা মরী লৈননা সোসাইটিনা থৌরাঙ খরা পায়খৎপা য়াই হায়না খনজদুনা অহানবা ওইনা নুপীশিংতগী ওইবা শৈরেং লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। থৌরাঙসিদা খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং লৌবীরিবদি সোসাইটিগী ইদিটর, বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমনি। মসিগীদমক ইদিটরবু সোসাইটিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা খোমজিনবা শৈরেংশিংবু ইদিত তৌবদা মতেং পাংবিখিবা ইদিটরিয়েল বোর্ডকি মেম্বরশিংবুসু সোসাইটিগী মায়কৈদগী থাগৎচরি। ইসাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা লাইরিককি মখুম য়েকপিরকখিবা ওজা থোইদিংজম তোম্বীবুসু থাগৎচবি। লোয়ননা অইবা শৈরেং পীবীবতা নৎতনা অচংবা শেনফমফাওবা পুথোকপিদুনা শৈরেং লাইবিক অসিবু মপুঙফাবা ঙমহনবীবগীদমক শৈরেং ইবীশিংগী মফমদা সোসাইটিনা শিংঙমদ্রবা লমন তোনসিল্লে হায়না লৌজে। লোয়ন-লোয়ননা লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা শেনগী মতেং পীবিখিবা, শ্রী রাজেন সরাংথেম, কোংব্রাইলাৎপম কান্ত শর্ম্মা, ডাঃ আই. এস কাঙজম মীওই অহুমবুসু সোসাইটিগী মায়কৈদগী তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অথুবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি নম্বা লোইসিনবীদুনা মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজবা ঙমহনবীরিবা পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ) গী ইচিন ইনাও পুন্নমকপুসু সোসাইটিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লম কয়াদগী মতেং পীবীখিবা পুন্নমকপু সোসাইটিগী মায়কৈদগী হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা লাইরিক অসি ময়ামগী খুৎতা শিন্নজরি।

ইম্ফাল
৫, ডিসেম্বর ১৯৯৩ ইং

খোলচন্দ্র অথোকপম
জেনেরেল সেক্রেটরী

# ৱাহৌদোক

পৃথিবীগী অন্নীগুবা লাল্লাও মমাঙদগী চৎথরকপা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎতা নুপী শৈরেং ইবীনা মসাগী শৈরেং লাইরিক পুথোক্লুনা শরুক য়াবা হৌরকখিবসি শোক ১৯৬৭ তা খাইরাকপম আনন্দিনীনা 'শজিবু 'লৈরাং' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙলকপদগীনি। মসিগী মমাঙদা চোফোঙ খরদা শৈরেং চোইনা চোইনা অমনি ফোঙখিবদি য়াওই। অইবী অসিগী মতুংদগী শৈরেং ইবী কয়া মথং মথং থোবক্লুনা হৌজিকফাওবদা শৈরেংগী লাইরিক ৩৬ পুথোকখ্রে। লাইরিক্কী মশীংলোমদা য়েংবদা ফনা য়াম্না উরগস্ মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচল্লু অসিদদি মখোয়গী মশক নাইবা মকম অমা কনবা গুমদ্রি। অইবীশিং অসিগী হৌজিকফাওবদা ফোঙলবা শৈরেং লাইবিকশিং অসিদা য়াওরিবা মখোয়গী রাখল, মীৎয়েং, খুলাঙ্গোক অমদি খুফোঙদোক্লচিংবা অসি য়েংলগা, চাউরাক্লা কাঙলুপ অনীদা থম্বা য়াই। অমনা চাউবা, কমল, অঙাংহললনা শাগৎলম্বা রোমান্তিক ওইবা শৈরেংগী ঈচেলদা তিল্লকপা, অমনা অনৌবা মতমগী শৈবেংগী ঈচেলদা তিল্লকপা। অহানবগী কাঙলুপ অসিদা মরুওইনা, মহৌশাগী ফজবা শক্লোন কয়াবু শৈথাজবা, মমালৈবাক মরমদমবু নীংজবা, ঈশ্বরগী মগুণবু শৈথাজবা অসিনচিংবা অসিগা লোয়ননা নুপী ওইবীগী থোৎ মেঙলগা পুক্নিংগী ইহলবু ফোঙদোকনবা হোৎনবা উই। অসিগুম্বা রোমান্তিক ওইবা শৈরেংগী ঈচেল অসিদা তিল্লকলিবী অইবীশিংদি, আনন্দিনী, চিত্রা, সুবদনি, ইবেমপিশক, সনামচা, ভানুমতী, জাঙ্কো, এন কুঞ্জরানী, প্রমোদিনী, গঙ্গানচিংবনি। মখোয়না পুন্সিদা ফংলিবা অৱাবা, নুংঙাইতবা, চৈথেং-চৈনা কয়াবু নাচুংলুদনা ভাবনা শাগৎপা অচুম্বা ফজবা অমদি ফিদমগী মঙলান অমদা তাউদুনা লৈ। অদুনা মখোয়না বসন্তগী হৈনৌ মপান মরক্তা কোকিলশিংগা পাইমিন্নরি, শাৎমিন্নরি করিগুম্বদা লৈকোলগী লৈরাংশিংগা, করিগুম্বদা চেম্মুরি থেক-খোয়রগা ঈচেলগা ঈতিন্নদুনা, অমুকস্ লোৎলি লৈনালক্তা খোইমুনা পাইরকপদা ইকাইখিবী লৈরাং ওইনা, ঈশে শকমিন্নদুনা মালংবগা তুংইন্নি চেকলাশিংগী, মথুৎতা

ঈশিং পুন পায়দুনা ওাইজে অমুকসু হিজেন তাফমদা খোঙহৌ থীল্লবা মশাবীবু, তেংথারি করিঙম্বদনা লৈমন চলহনবিবগী। অদুবু, চাউবা কমলনা শাগৎপা অরাংবা কল্পনানা ঐখোয়বু মখোয়গী কল্পনাগী লমদমদু তাল্লা পুবঙম নুপী অইবীশিং অসিগী কল্পনানা ঐখোয়বু পুবদি ঙমদে। অদুমকপু মখোয়না অপাম নুংশিগী পুকনিং ইহল ফোঙদোকপদা ওইরকপা য়াল্লা রোমান্তিক ওইজবা মতৌ অদুদি নুপা অইবশিংনা নকলুবা ঙমদে। পনবা য়াই, 'নুংশিবা নঙনা ইনাক্তা লৈররবদা/কৈদনো অকিবা -' (নাকেম্বাগী লৈরাং লাঃ ৬) মসিদা নুপীদা মুপী ওইবগী থোৎলবা মেঙলবা মপাউখোল অমা লোয়নরি।

অনীশুবা কাঙলুপ অসিদা লাকপা শৈরেংশিংদদি হৌজিককি পুন্সিদা ফংলিবা চৈথেং চৈনা কয়াবু য়াল্লা রিয়েলিষ্টিক ওইনা উৎনবা হোৎনরকলে। মায়কৈ অসিদা ঐখোয়গী অইবীশিংনা চঙসিল্লকখিবসি ৮০ গী অথেঙবা মতমদগীনি। নুপা অইবশিংগুল্লা ঐখোয়গী অইবীশিংনসু সমাজগী চৎনবী, লৈঙাক শাসন, হিংলিবা পুন্সিগী মহিং কয়াদা নীংবা কায়রকপা, লৈতাবা ঙমলক্তবা অসিনচিংবা কয়া উৎনবা হোৎনরকলে। অসিগুম্বা শৈরেংগী ঈচেল অসিদা তিল্লকলিবী অইবীশিংদি, ভানুমতী, ইবেমপিশক, (খরদং চঙলকপা) মেমচৌবী, বরকন্যা, অঞ্জনা, কুঞ্জরানী, ইবেমহলনচিংবনি। অদুমকপু মখোয়দা হাল্লদগী চৎথরকপা রোমান্তিক ওইবা মুদ, ফিলিংস অদুদি থাদোকপা ঙমদনা লোয়নবি। শৈরেং খরদা মতমগী শৈরেংগী মশক মওং চুল্লা চঙশীল্লগসু শৈরেং খরদা রোমান্তিক ফিলিংনা নমহৎতুনা চৎখিবগী মতৌ লোয়নরি। অমরোমদা অইবীশিং অসিনা থম্মোয়দা ফাওরকপা পেন্দবা, নুংনাংবা খোয়রাং-খোয়শাওনবা কয়াবু অকনবা য়াহে শিজীন্নদুনা ইকোক কোল্লা নুপাগুল্লা লাউবা ঙমদ্রি। মসিনা অপাকপা ঈপাক্তা অপীকপা ঈচেলনা তিল্লগা মাঙখিবগুম নুপী অইবীশিংগী খোঞ্জেলসু নুপা অইবশিংগী খোঞ্জেল মরক্তা মশক থোকপা ঙমদনা মাঙখি। অদুমকপু নহা ওইরিবী অইবী অমনিদি চহী খরসিদা মশাগী অচেৎপা ফিরেপ লৌনবা হোৎবকপা উই।

ঐখোয়গী অইবীশিং অসিগী অয়াম্বা শৈরেংদা নুপীগী ওইবা থম্মোয়গী মশক উবা ফংই লোয়নননা মকা ফোংদ্রবসু নুপীতগী ওইজবা খোঞ্জেল অমদি তাবা ফংই। মসিগী মথক্তা অইবী খরদি মখোয়গী শৈরেংদা নুপানা, সমাজনা, চৎনবীনা, ধর্ম্মনা নুপীগী পুন্সিবু তৎতনা নমথবীবা, ওৎপি-নৈবিবা, মমল লৈহন্দবা, নমদুনা

মনীং তম্বা মাঙহনবীবা কয়াবু পামদবা য়ানিংদগী ইহুল ফোঙদোক্লরকলে। অদুমকপু ঐখোয়গী অইবী অয়াম্বনা হৌজিকমক্তি মখোয়গী পুন্সিবু অমদি মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা কয়াবু মশক থোক্লা অমদি ফিরেপ চুম্লা উৎথোকপা ঙমদ্রি হায়বা তাই। মায়কৈ অসোমদা অইবী পুম্বনা অপূনবা ঈহৌ অনগা লোয়ননা খোঙজেল য়াঙনা অমদি শাফু লৈনা চঙশিনবগী তঙাইফদবা লৈরি। অসিগুম্বা অপূনবা ঈহৌসিতনা মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী অশেংবা মফম অমা কনবা ঙমগনি।

পান্দম অসিগী শরুক অমা ওইনা অসিগুম্বা নুপী শৈরেং ইবীশিংতগী ওইবা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎজবনি। ইদিতরিয়েল বোর্ডনা শৈবেংশিং অসি নুপীগা মরী লৈনবা নৎত্রগা কাহেন্না রোমান্তিক ওইদবা য়ারিমখৈ খনগৎনবা হোৎনজৈ অদুবু ফংলিবা শৈরেং অমদি মতমগী খুয়ৌনবা খরা লৈখিবনা পান্দমদগী খজিক থৈনবসু য়াওশ্রে। লাইরিক অসিদা মসাগী শৈরেং লাইরিক ফোঙলবী অইবীদগীনা য়াম্না নৌরিবা মসাগী লাইরিক ফোঙদ্রিবী অইবী ফাওবা কোনশিন্দুনা অইবী ৩৭ য়াওরি। মসিদা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী অইবী কয়াসু চীৎথহৌরি। লোয়ননা শৈরেং পীখৎলম্বা খবসু মতম খুয়ৌনবনা হাপচবা ঙমজখিদে। য়াবিমখৈ মথংগী খুনমদা অৱাৎপশিংসি মেনখৎনবা হোৎনজগনি। পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা, মায়কৈ পুম্বা নিলহনবা ঙম্বা 'নুপীগী খোঞ্জেল' অমা পীদ্রবফাওবদা মসি নুপীগী খোঞ্জেলনি হায়বদুমক্তং অপাবশিংদা খঙহনজবা ঙমলবদি ঐখোয়গী হোৎজমন খরগী মখৈ মায় পাকলে হায়না লৌজগনি। লোয়ননা চৎথরকলিবা নুপী অইবীশিংগী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিনবু লেপখিদ্রবদি নোংমদি শোয়দনা পোকথায়রকখিনি 'মৈতৈ নুপীগী সিয়োমনুংদা কুমজা কয়া লোৎলকলিবা। অতুম্বা মৈগী চীং।'

*অরেংবাঃ*

৮, ডিসেম্বর ১৯৯৩ — বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

# মনুংগী লমায়শিংদা

থোইবী দেবী

## নীংশিংলি ঙসিসু

ঙসি হায়বা নুমিৎসে
১২, ডিসেম্বর কৌবসে
পালন তৌরি লৈবাক শীন্না
পীরি নীংশিং পাউদম্বু।

কাউবা ঙম্রোই কাউঙম্রোই
ইমা ইবেনশিংদুগী
থৌনা লিংজেল মখোয়গী
মালেম থুংনা শীনখিবা।

লৌনম চাউবা ম্রেচহুগী
নোংমৈ গুলী মায়য়োক্তা
য়েক্ল মায়রোং য়াখিবা
করন্না কাউগনি ঐখোয়বু।

থৌনা ফবী পলেমশিং
মিংচৎকী উয়োং খিন্নবী

পজেং ফিরাল থেংলবী
চাউথোকচরি মীমাঙদা
মখোয়গী মিংলেন শোন্দুনা।

তুংদা লাকপা মীরোন্না
তমসনু মখোয়গী মতীসে
লৌনসনু মখোয়গী ফিদমসে
লীসনু শিনাইদবা রারীসে
তুংদা লাকপা মীরোন্দা।

সনা লৈবাক ইমাগী
থৌনা ফবী মমোম্রোইশা।
নখোয়গী নোমজমল মহয়নি
ঐখোয়না ঙসি চারিবা
কচ্চরি নখোয়দা শ্রদ্ধাঞ্জলী
শেংলবা থম্মোয়গী রাহৈনা।

প্রমোদিনী

# কংদুনা শিখিনুকো কংলৈপাক

পলেম ইমা অপোকপী মাতৃভূমি কংলৈপাক
নরক্কী কোমদা কূমলুসি, ঈরুপ্পুসি, ঈরাক্লকসি
লাউ লাউ পলেম ইমা, বাইরা খোঙদোই হুন্নকউ লাউ।
নপাবি নমোমশিংনা খুৎলাম তোয়না কৌজবি।
রাজনীতিগী চক্রদসু লৈজনীংদরে।
য়ুমদোন উতোন রাতোন্দা মাইক খোংবা তাবদা
মিহুন চেঙ্গানরে, নাকোং য়ৈশিল্লে, না পঙলে।
সাহিত্যগী সাগরদসু হিনাও শাজনীংদ্রে।
বিশ্বপ্রেমীশিংগী প্রেমদসু লূপচনীংদ্রে।
নহাবোলগী খোল্লাউ, আর্মি সিফাইগী কদম তাল
বমবুলাগী খোয়থুন্নবা মখোল তাবা পেল্লে।
নোংমৈ গুলি তোক্লীংগী কূমহে য়েংজনীংদরে।
চায়নপুং ওইবেদো কংলৈপাক, চায়নপুং ওইরে।
পলেম অপোকপী ইমা। কংলৈপাক।
কংদুনা শিখিনুকো কংলৈপাক
থম্মোয় শেংনা ইমাবু নীংবা নচা কয়া'মা
লাকখিনি ইমাবু নরক্তগী চিংখৎলনি
মতমদুদা রাচৎ-রানোম হুন্নান চিঙ্কি লৈরবোই
মীচঙ-মীখাই নাইররোই, কাঙলুপ কাঙলুপ খায়রবোই।
মতমদু লাকত্রিফাও হিংখোকো ইমা হিংখোকো
কংদুনা শিখিনুকো কংলৈপাক
কংদুনা শিখিনুকো কংলৈপাক।

রাহেংবম কোলামেমা

# মরৈবাক নীংবদি মখোয়নি

লানগায়নরুবতুং হুম্ভিল্লকপসিদা ইশাইকোন্দা
অকংবা ঈখেঙ তৈবম্রে নঙগী চীংমায়
উপাল-রাপাল পবম্ম ঙাঙখ্রে ঈ পাম্বীগুম
মরকসিদা সুপ্পগী ময়োল খরদং
তনৌ-তনৌ চোংলি
আশাগী,
তুংলমচংকী,
থৌনা য়াওদনা নীংতম্বগী।

লুপ্রাশিংনা পামজদবা মচা ফংজরবা
লৈশাবীশিংনা তদেক-তদেক মরাক চান্নবা
লাল মতুংগী নীংবা কায়রবা ইমুং,
নাইনু কিশি কিনা কিনা
মনিন নাইনদ্রবা অশাওবা
ঐগী ইমা লৈবাক নঙগী শক্তম
অরাবনি খম্ভরুরগা অরাবনি।

কদায়দা চংখ্রে খুল্লাশিং
নোংমগী চারা তাঞ্জরম্মা
তাখিদ্রে খুলং ঈশৈসু মখোয়গী
খোম্মং য়েরি লৈরক-খুল্লক
তেংথাখোলনা চনুরাশিংগী –

মচা কায়নবগী
মপুন্নোইবা লেৎনবগী।

মরু শিং নান্না কোক্রবা উপাল
য়েক্কবনা লোকপ্রবা লৌবুক
তাকোই তানা চাকপ্রবা খুলং
অশিবা হকচাংনা পোকহল্লিবা লাইচৎ
মসিদা মন্তায়রে নীংতম্বগী খুদম
লানগী লেমখাক মরকসিদা
মঙম থোক্তনা ঈথৌ লাংলি
নীং অম্রবা তুংলমচৎ অমগী
খুঙ্গাও লৈচাওনবা ইন্নমদমগী।

থোঙনেৎনন্নিবসি ঈথেঙথক্তনি ইথোঙনা
হক্লিবা চথোম অসিসু ঈথেঙলক্তনি
মীৎয়েংফমদা ঙাওলিবা মচু অসিসু ঈগীনি
ইমা লৈবাকপু লৈতেংলিবসি ঈনি -
পাঙজম্রবা লৌশিং থোক্কবা লান্নোইশিংদুগী
মঙম শান্দ্রবা শিংলিগী ঈরিক্লি।
ঈনি ঈ! চন্না হিংজরবা অহিংবশিংদুগী
পেরুক্কা চপেন্না শাগৎপ্রবা ঈরিক্কনি।
ঈগী মচু অসিদা তিনপ্রবনি
পুন্সিগী তন্তাই যদবা পুন্নমক্কু।

পান্মুন্নবা ঈন্নিক অদুদা
ইকাইখুন্ননবা লৈপরেংনা
খন্দোক্কবা ওন্নোই
সনা ঈগা অতোন-অতাগী ঈগা
তোঙান - তোঙান অমুক

খম্পোক্লুবা গুম্লোই
ইকাই খুন্ননবা লৈ পরেংনা।

ঈনি মায়থিগ্রবা মীওইশিংদুগী
অর্থ থোক্তনা শীঙ্খনগ্রবা
থৌনা ফবা ফক্তবা
মপাঙ্গল কনবা কন্দবা
মরৌশিং লৈবা লৈতবা
অশোন-অনা য়াওনা
হৌগত্তুনা শোক্লখ্রবা লাল্লি
লমদমশিগী ইতিহাসকী লমায়
লৈতেংগ্রবনি মখোয়গী ঈতনা।

লানফমদা য়োনখিবনা হিংনিংবা থল্লায়দু
পোক্লকখিদবনা লূচিংফম ফংনবা মপোক্তা
উখিদে মখোয়বু লৈবাক খুন্নাইসিনা
মগুক্তা থৌরী কোঙ্গোই হুকখিবদি।
অদুবু,
মখোয়গীনি ঈখেঙসিদি,
মখোয়ননি হোনখিবা চিঙ্গাক
মখোয়ননি শাখিবা লানবল
মাঙজিন থানা চঙবসু মখোয়নি
মখোয়নি ইহান হান্না কৎখিবা ঈখেঙ
ইমা লৈবাক্কী মতম্বাক্তা।

মখোয়শিংদুগী চান্নবীশিংগী পিবুক্তা
মিতমহৌবিবা অনৌবা নাউয়োম
মদুদা ঙায়হৌরবনি তূংলমচংকি
লমদমসিগী ইতিহাসকী লমায়দা
শোনবিরক্লবা ইমা লৈবাক্কী মিংথৈ।

# শীংনবা অমা

শাবী লাউ লাউ চৎশি লাউ
মাঙদা থারু লাউ।
হা-হা-য়ো
কপ্লিংলুবদি হায়রুনু নোক্লিংই।
থম্বাল, থম্বাল, মতম অমগী থম্বাল,
ইবুধৌ লাইবুংদা থম্বাল,
নীংঙোল মৌ মরক্তা থম্বাল।
নেংমা পুঙ্গিনা ঐবু পুল্লিঙৈ
থেকখিবা খুৎথেক য়ৈখিবা পুঙলোন
ঙংখিবা ঈশৈ –
কল্লকপা য়াম্মী কল্লাওবা য়াম্মী
মাঙদা থারুলাউ।
ইমা-ইবেন, ইচেম-ইনেমগী মীৎয়েংখাদা
পোমজবম্মী শাৎচবম্মী ইকাইথীনা
নৌজবম্মী থম্মোযসে তনৌ-তনৌ।
ও। মতমদুদা –
ঐনা পামজবম্বা ঈপাক
অদুদগী ইনাক্তা কাবকখিবা ঈথক
লোইবা থম্বা নাইদবা ঈপোম
অমগী মথংদা অনী
অনীগী মথংদা অহুম
মথং মথং –
মদুদগী থোক্লকপা হরাউ-মীনোক
শমজিন্নখিবদো লোমনাইদ্রবা সগুরগা।
গুর, গুর নত্তে

শেগায়নবা খাঙপোককি শাহিজিন্দা
পীরিবা শহুগ্রী মালংগী।
শহুমদুদা হোৎখিবা মৈরী
ইপাম মৈহৌরে খাম্বী মৈকন্নো
'হি-হি-হি' নোকউনে
কনবিবগী মহুক্তা নোক্রৌ ঐবু
নালাদা তান্নবী থম্বাল ঐবু।
কৈথেল মতাইদা
বস পার্কিং ময়াদা
নোংজু-নুংশা, কুমী-কালেন
শাংলি ঐ চোকথবা লৈতনা,
শাবী লাউ লাউ চংশি লাউ
মাঙদা থারু লাউ,
কল্লকপা য়াম্মী কজ্ঞাওবা য়াম্মী
মাঙদা থারু লাউ।
দুনিয়া পুম্বগী অমোংপনা
গ্রুক-গ্রুক ফমজিন্নবা
নমথিবা মচু মরক্তুদা
ঐনা শাংলি,
মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাংলে
খোইমুনা ইন্নে খোইম্নাবা।
পুন্সিগী মহিং অমদি অথ
খোঞ্জেল অমদি খোঙ্কি আ লকানুংদা
খাঙলি খা ক্রক-ক্রক চীক্না
খুংচুম অসি চেজেং পায়দুনা
অদুদগী থম্মোয়সিদা ফাওরকই
শীংনবা অমা,
মখোয়শিংদুগা শীংনবা অমা
সমাজসিগা শীংনবা অমা
পুন্সিসিগা শীংনবা অমা।

এস. ভানুমতি

# লাকও ঐখোয় পুন্নসি

হৌরকফমসু নহাক্লি, মাঙহনবসু নহাক্লি
য়োকপীবসু নহাক্লি, কনবিবসু নহাক্লি
শক্লোন লীশীং ওন 'ঙম্বা
নুপীজা নঙগী শক্তমনি।
পলেম ইমাসু নহাক্লি, লোয়নবীসু নহাক্লি
শেমগৎপসু নহাক্লি, থুগাইবসু নহাক্লি
ওন্নীংবদা ওনঙম্বা
নুপীজা নঙগী শকতন্নি।
মালেম পৃথিবী মকোয়দা, কোলোয় মমীং লৈরিবা
মীওই মপোক পুম্বনা, কল্লক মীংয়েং চঙলিবা
লাইবক ফবা ওইরিব্বা, তাইবঙ ওইবা কয়াদো
লাইরেম্বী শক্তম লৌরিবী
নুপীজা নঙগী থৌজালনী।
মীরকতিনবা ঙমদনা, কয়া অমা মাঙলিবা
অরানবা চীঙ্খাক চাদুনা, কয়া অমা মৃৎলিবা
মাঙলে খঙনা মাঙলিবা, সমাজ' মীংচৎ থীহনবা
নুপীজা নঙগী মীংয়েংনা
চীংথরম্বা নচানি।
চৎনে পরিং কায়দনা, ৱাখল নৈন হিংলিবা
মীতেক মীরৌ খঙনদি, পাঞ্জরিবা মখোয়গী
লাইবক খেল্লাই খোঙদুদা, মশেক মঙাল উরিবা
নুপীজা নঙগী নঙম্রা

ওইহনখিবা ঙাক্লিদো।
সীতা, সৈব্যা, সাবিত্রি, কুন্তি, গন্ধারী, দ্রৌপদি
মীতে লৈকোলগী সতি কন্যা, মপুরোইবা নীংথীশিংগী
মাঙবা নাইদ্রবা পুন্সি থারী, য়েক্লিন্দুনা থগ্রিবা
মহৌশা লাইরেম্বীগুম্বী
নুপীজা নঙগী শক্তমনি।
খাঙবা কনখী নুজানি, থম্মোয় থোংনা উয়বীনি
ঈতীংলবা থাগুন্না, উয়রবা পুন্সি ঙাক্তনি
হায়নখিবা থাকমদা, অচেৎপা থাশক থম্বীনি
থৌনা লিংজেল লৈবীনি, 'নুপী লান'না সাক্কীনি
কাউবা লৈররোইদবা
নুপীজা নঙগী শক্তমনি।
শক্তমসিদা পূন্নসি, শক্তমসিদা তিন্নসি
পারি ইমোম মাঙলিবা, হিংনা হিংনা শিরিবা
অফ-ফত্ত খঙদনা, শোনথদুনা তারিবা
মখোয়বু শেমগৎপতনা, নুপীজাগী ইথৌনি
খুৎশন্নসি পূনশিনসি, অকনবা থাশক লৌরসি
মশেক মঙাল চাউরবা, জাতি অমা ওইহনসি
থৌনা লৈজে উৎলমসি
নুপীজা লৌশিং পুথোকসি
লাকলো ঐখোয় পূন্নসি।

ঐচ. বেনুবালা

## চন্নখিদ্রবা খোল্লাউ

তেংথারম্মী ঐ
পেন্দবা চবুন চবুনদুগীদমক্তা
হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী
মীকুপ খুদিং লেপ্তনা
ইথনতগী নাকোং অনিদা
অমুক তাজে ইথনতা
তেংথাখোলদু ইশাগী।
মমৈথংদদি অমসু অমসু
তেংথারম্মী ঐশুম
ফংখিদ্রবা দাবী ময়ামদুগীদমক্তা।
পেন্দবনা লাইথুং পক্লবা
কেমলবা হকচাং কয়াগী
অনম কনবা খোল্লাউশিং
নীংবা কায়না
হন্নকখি, য়ৈরুববা খোল্লাংশিংনা
মকোন শারখি
আশাগী মশা মরেংশিংদা
তেক কায়ববা,
হুমখিগদৌরবা
কুমগী অশিং অরানথাদা।

## হংগী জগোই

মথ্নাই মমি য়াওদ্রবা
হংগী লাই ময়াম
জগোই শারি থেক নৌনা
অরংবা খোঙজি শিরদুনা
স্বর্গগী অপ্সরাশুম
মচু মমেন ফজরবা
গালিচাগী মথক্তা
শুমহৎয়াই পুববা খুৎথেক্তা
লৈনা লৈনা।
পেন্দবনা লায়চুরবা
শরদ পোলাংশিং য়েংলী জগোই
ঈহিং নাইহিংনা মশা পুম্বা
শীনথুংনা তৈরদুনা।

## অরেপ্পা

নীংখায়রবা তোর্ব্বানসিদা ফমদুনা
য়েংখিসিরা অঙাওবা ইরৈসিবু
কিম্বরবা খাংপোকসিবু য়েংলগা
কপ্পসিরা ভেংথা নাওইদুনা।
মরুভূমী শক্তমনরবা লমহাংসিদা
ফমদুনা লৈথোক্রগদ্রা অসুম,

কান্নদে অমত্তসু খন্নরোই
পোথাফম থিজাগে মতমবাকসিদা
মীমান্নদ্রবী মোৎলবী মাগী।
হোৎনবা কৌবা লানফমসিদা
লান য়াওবা লাক্রবনি
ঙসি পুন্সি লানফময়াইসিদা।

## অশিংবা পামজবা অপঙবা

অপঙবা মরক্তগী
অথোইবা অপঙবদুনা
লাউরি হন্না হন্না
ময়া লাওনা কাদুনা
ঐ অশিংবনি
ঐনা নিংথৌ ওইগনি
ওইয়ু নখোয়
ঐগী তোন্নবা প্রজা
ঐদি ওইদবা য়াদে
নখোয় পুম্বগী নিংথৌ,
খঙজখিদে অপঙবদু
মশানা মশাবু থাগৎচবা
খ্বাইদগী পঙবনি হায়বা।





সৌগাইজম লৈঙাকলেম্বী

# নীংতম ঈশৈ

নীংতম ঈশৈ শক্রদুনা ইমাগী
য়েংজনিংবনা মোমোন মীনোক,
হাৎনরি ঐনা ঐবু হন্নদনা
লোইশিন্নরি নপুন্সি নঙগা নঙগা
থিনরি মাগা মাগা হাৎননবা,
চীংমীগা চীংমীগা য়ানখায়নরি
তম্মীগা তম্মীগা কাপখায়নরি।

স্বা থায় শান্তি খোঙচৎ
তৃ-খোং, লোইজিং-লোইয়া
চীংয়া-তময়া, লৈকাই-খুঙ্গং
থুংলরে শান্তি শান্তি
তাবকলি তেংথাখোলদি হৌন-লাউনা,
মরোল-মরোল অশিবা মঁপেগী
ঈচেল নাইরি ঈখেংনা লোইনাইদনা।

লৈবাক নীংবা মশীং য়ামথৎলে
নৈথেকপিরে ইমা নঙবু মমিংগীদমক
কপ্পতনা নুংঙাইবা শক্রবী
মাঙখিদৌরে নচাশিং ঙন্নমক অহাৎলাম্দা
মৃৎশ্রবদা ফুরুপসিনা খঙলকখিনি লানপাম্বশিং
পামজরম্বা নীংতম্বগী মহাওদো।
ঙাইরো ইমা লোইখিবা নীংতম ঈশৈ
ঙাইরো কপ্পা-কপ্পা, হোংলকপদো ঈগী মচু।

# মোংফম অমদা

তরু-তরুবা অয়ুক্কী মঙালনা
লৈচ্রেং চাইরবা মালেম লৈমায়থক্তা
পূরক্নে সনা ফুদোংলবা কোরৌগী মশেক
শাফু কল্লা য়াম্লরক্নে থরায় খুদীংদা।

তোৰ্ব্বানগী মোংফমথক্তা অঙাংবা ঈগী মচুনা
কামথোরক্নে লেপ্তনা চীক্রবা মোংফমথক্তা
থোৎনা কল্লবা মালেমগী লৈতঙ্গাই ফাওদুনা
অচঙবা থরায় অমগী কৎথোক্রবা ঈদুনা
হক্রমলে ময়েক খরা অঙাংবা মচুগী।

অনৌবা মীরোলগী অনৌবা ময়োল
অঙাংবা মচুতবুরা নঙনা থোয়দারিবা।

# লাক্লগে ননাক য়ৌনবা

অমম্বগী নোংজুনা কুপ্লবা
লমফাংলবা মালেমগী লম্বেলসিদা
লম্মুক্লরে ঐ মায়কৈ খঙদনা।
ও। ও। মৈবুল অমা
মৈবুল অমদি উরে য়াম্না লাপ্না।
হে মৈবুল
ঐ লাক্লগে, ননাকুদা ঐ লাক্লগে

অদুবু করমনো

তিংখংতনা মায়কৈ পূম্বা থূরক হাঙদ্রে।

চঙসিনবা য়াদ্রে খোঙফম অমত্তসু।

হে মৈবূল

ঐ লাক্তবদি য়াদবনি

অমম্বা নোংজুগী ফীজংবু শেগায়দুনা

ইনাক য়ৌরকলিবা নঙগী নঙালগী খুদুং ইন্দুনা

নঙগী ননাক য়ৌনবা।

শেৎচিন্নবনি কোকশেৎ

লাকসিন্নবনি খ্বাঙচেৎ

থাজবগী থাঙশাং শৎতুনা

হাইদৎকনি থূরক হাঙদ্রবা তিংখং

অদুগা শেমগনি ননাক য়ৌরক্লবা লম্বী।

খাইরাকপম আনন্দিনী

# অমুক লাকখো

কুমওন কয়ানা খনখ্রবা
কাউঙমদ্রবা,
নুপীগী নুমীৎনি ঙসি।
পৃথিবীদা নুপীগী খোঞ্জেলদি
অরোইবা লাক্লিফাওবা ঙংলগনি।
তাখো, লাকখো চৎখিনু
শন্নাং পুন্না, ফনেক খাংচেৎনা
মীৎনা লৈখাদা
পিরাং থন্না মীৎলূদনা
রাম্মৈ চাকপা থম্মোয়দনা
লম্বীদনা তিংথংনা থন্না
মফম কৈদা চৎলিবা।
চৎফম মায়কৈ খঙদনা
চৎখিনু পিরোইননা
তঙৌবী মায়থোঙ ইমাগী
মকসিনবদু য়েংঙমজদে,
চিংনগনু হল্লকখো
থম্মোয়দি কায়ররিনি
চীনবাঙ্লেংদদি ফোংঙমদ্রে
ঙসিসু পুঙজাসিদসু খুরুমলি
নঙবু ঈরাৎলি মফমসিদা।

# পীক্রিবা নাৱা

পীক্রিবা নাৱা
নঙ মী ওইৱকখিনিকো,
য়েংউ নঙবু কৌৱিবসে
চোকথৱবা মালেমনা
মচু লাংথ্রবা তাইবংনা
নঙবু য়েংবা হৌৱক্রে
পলেম কৌবী লাইৱেম্বী
নাৱাবু মী ওইনবা য়োক্রক্রে।
কৱি লমদমনো খঙদনা
কৱম্বা তাইবংন্নে উঙমদনা
পলেমগী অমৃত থকুনা
চাউৱ শাবেপ ফাৱক্রে,
মৱাল লৈত্র মীৎয়েংনা
মায়কৈ শীত্রা য়েংলক্রে,
পৱেপফম খঙদ্রবা পুন্সি লম্বেল অমদা
য়েৎ-ওই থাংদুনা চৎলক্রে।
অপীকপা খুদিংমক
মশা ফন্নবা উপালগুম
চাউখৎলক্রে, শন্দোৱক্রে,
পাক-চাউৱবা পৃথিবীসে
নঙগী খোঙনা চৎলকখিনি।

মেমচৌবী

# ঐগী পলেম নুংশিবী

চীংশাং লাকপগী মযোমলোই
চীংনুং উমংগুম ঈংলবী
অতিয়াপক্লা রাংখ্রবা চীংজাওগুম লেমলবী
মালেমগুম অখাঙ কল্লবী পলেম হাওবীনা
ঐগী পলেম হাওবীনা
কোক্তা কোকশেৎ শেৎ
খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ লাকশিন
খোঙউপ তোংদবা খোঙনা
কল্লবা চীংমায়গী তীংখংতুম্বৌলান
লুম্লবা ছুম নমদা নমবো পো
অসুম অসুম কাখৎতুনা চৎখি
লোইবী চীংয়াং চীয়াং,
অসুম অসুম লানখোক্তুনা চৎখি,
লোইবী চীংশা চীংশাং।
চপ ঙম্বা চীংনুংদগী মোং হাদনা
লাইজ ঈশিং সোক চামলৌ মথেন লাং
তাম্লবা চীকলবা রারবা পামলৌদা
লৌরী চিথেক থুং হোইবু লাউ লৌয়াম্লুরগা
লমওক লময়োং হোইবু লাউ তানখোকলুরগা
চপ ঙম্বা চীংমায় চীংমায় লান লান্দুনা
অসুম কাখৎলকই, অসুম কাখৎলকই
অরা হুইসোক লাং ফিজিনা হুমাং তৈথোক
ঐগী পলেম হাওবীনা।
ঐনা নোংমা হংলুই –

চীংগী পলেম নুংশিবী
ইমাগী নমদগী ছমদুদা
করি করিবু য়াওরিবা
ইমাগী নমদগী নমবোদো
করি করিবু হাপলিবা
অমুক্তা য়েংহৌগেবা ইমা।
ইমানা শেনে য়েংছুনে হায়দুনা
লৈথদুনা উৎলকই নমদগী পোৎলুমদো
থাবদি লৈতেনে নমবোদো মীকুপ'মত্তা।
ঐনা য়েংলুই খঙনীংনা করিবু য়াওরিবা,
য়াওরম্মীনে ছমদুদা ইমাগী ছমদুদা
পলেমগী হনু মালৈ কারবা মপুরোইবা
পলেমগী নহা লাংজেং মথোকলকপা মপারী।
ঐনা ঙকখ্রদুনা হংলম্মী
করিগীনো ইমা কবিনো সিদি
ইমানা ঐঙোম্দা অমুক্তং য়েংলম্মী
অদুগা হায়রম্মী তপ্না –
ঐনা পুব্রিবদি মখোয়দি করম হিংগনি।
বা মখা অমুক তারমদনা
হান্না হান্নগুম চৎখি
মোং হাদনা চীংলেমনা
ঐগী পলেম নুংশিবীদো।

## কংলাগী থোঙ হাংঙু

থোঙ হাংঙু থোঙ হাংঙু
থোঙ লোনসিন্দুনা থমগ্রিবা
ঐখোয়গী কংলাগী থোঙ হাংঙু
অমুক্তা শোকচগে লৈমায়দু

অমুক্তা শোকচগে লৈমায়দু।
ঐবু কনানো হায়রবা
ঐদি মমা ওইগদৌরবীনি
নাকল্ ফিয়াল্লবীনি
অদুনা অমুক্তা শোকচগে লৈমায়দু।
থোঙ হাংঙু থোঙ হাংঙু
থোঙ লোনসিন্দুনা থমগ্রবা
ঐখোয়গী কংলাগী থোঙ হাংঙু।

## তপ্পা য়াকাইরক্লে কৌব্রু চীংদোন

কৌব্রু চীংদোন্না মায়কৈ খণ্ডনা
তান্না লাকপা ঈপাক্কী খোম্লংবু
নাকোঙ থাঙ্গৎতুনা তায়
খুনিং কাংগাওনা খুবাক লাইখনশা
য়েংজে, অমুক্তা উখিদ্রিবা ঈপাকপু
অমুক্তং উনিংবনা লাংতকননা
নুমিৎনা শূক্তোক্নুনা য়েংথরম্মী,
থানা নোকফেৎ করেন্নরম্মী।
হিমালয়দগী উন পুবা অইংবা নুংশিৎনা
ঙাওনা ফৈনা অকনবা শাহুমদা
কোনসিলম্মী মাবু উনগী পাম্বোমনা
লাউরম্মী খোম্লাং হৌনা নিন্না
নহাক ঐগীনি মতম চুপ্পদা নহাক ঐগীনি।
খাঙবদা রাববা কৌব্রু চীংদোন্না
মখোঙ নাম্মা ফুক্কে হোৎনরুই
কুইরবা মল্লবা মালেমনা

লমহেনবী লমহেনবী লাউরদুনা
চেৎনা ফাজিনখি কৌক্রুগী মশা মরেংশিং।
খঙহৌদনা
মীকুপ 'মতা পোত্থদ্রবা লেঙদুনতা লৈম্রবা ঈপাক্কা
অকনবা ঈথক ঈপোম নোংলৈগা লোয়ননা
লেপলরে,
য়েলেহৌঙেদগী লেঙদনা লেপলকলবা
কৌক্রু চীংসু হৌগৎতুনা লাক্নুনা
লেপলরে
উন্নররে অনীদু
পাখংবগী মমৈগা মকোক্কা চীক্লফমদা।
ঈপাক্কী ঈশিং ঈরিক খুদীংনা ঈথক মপৈনা
থুমহৎলকলে কৌক্রুগী চীংসা নাপোম পূন্নমক
মীকুপ অমতংদি
পূমচিক চীকখ্রে পূমইং ইংখ্রে লেপখ্রে নুংশিৎ নুংশা
খঙহৌদে,
তপ্প তপ্পা য়াকাইরক্রে কৌক্রু চীংদোন
য়াকাইবক্রে চীংশা নাপোম পূন্নমক
কদায় ঈপাক কদায় ঈরিক ঈথক মপৈ
হান্না হান্নগুম তমথীনা কংলগী হাঙলগী
ঈরিক অমত্তসু চোৎলমদে ইনিল অমত্তসু য়ৈরমদে।
অদুবু য়েংঙু অমুকসু
হেন্না চিংসিন্নবা হেন্না খারবা উনখাগী
অকনবা নুংশীৎনা হিমালয়দগী
হেন্না শাথীনা হেন্না ঙাওনা
হুমথরক্রে য়েংঙু কৌক্রু চীংদোন্দা
মদুবু উরগা মোমোন নোকলকলে য়েংউ
কৌক্রু চীংদোন্না।

ঙাঙোম একাশিনি

## আইন

আইন খণ্ডলবা নুপাদুনা
হংলকই আইন খণ্ডদবীদুনা
নণ্ডনা তৌরিসি চুত্রা?
আইনদা চৎনবা য়াত্রা?
লো সু এপ্লাই তৌদ্রে
ইন্টবনেসনেল লো-গী
লাইরিক খবা পাউ।
পাউখুম পীবা ঙমজখিদে
মায়থীখি, তমথীনা মায়থীখি
লো খণ্ডবা মহাকনি
খণ্ডনা খণ্ডনা মহাক্লা
মীৎতাংবা আইনগী অরানবা বিচারদা
মবাল শীবিখিবনি অপণ্ডবিদূদা
পুন্সিদুবু ফাদোক পীখিবনি।
অদুবু ঐনদি, উহৌই তাহৌই
নুপীদুগী মথক্তা, নুপাদুগী ব্রায়েল
পুন্নমক মীওইবগী আইনগী বাংমদনি।

## নাঙ্খোকনিংলে

লানঙমদরে ঐগী থবায়সে
কৌবিরনু ঐবু খুৎলাম তোয়না

পীবিরনু অমুক অরাবা
থাদোকপিরো ঐবু নীংতম্না।

কায়নব্রিঙে থবায়গা হকচাংগা
ওৎপিখি কয়ারক হন্না ঐবু।
থৎপিরনু ঐগী লম্বেল
ওৎপিরনু হন্না অমুক,
পেন্দ্রিব্রা? অশি লমদম য়ৌবফাও।
খাংঙমদ্রে নখোয়গী মীওৎ-মীনৈ
ফংজদ্রে ইনীং তমজবা
থাদোকপীরো ঐবু অমুক্তা নীংতম্না।

চৈফম নাইরবা চৈনা পুদুনা
লমথুং তম্নবা ঐবু
চিংশিল্লনু অমুক মৈশারক্তা
তাইবং লাংসিদগী চৎলবা ঐবু
কৌরক্রনু হন্না অমুক
থাদোকপিরো ঐবু অমুক্তা নীংতম্না

## নুং ওম্নবা

থম্লোই ঐ কনামত্তগী
হৈতে রাখল খনবা,
য়েংনীংদে অশোয়বা কয়াসু
পান্দে মীৎ ঐগী।
ঙাঙনিংদে করিগুম্বা অমত্তা
লোম্লোক্তবা ওইরে ঐ

হংলকনু রাহং অমত্তসু
তানীংদে নখোয়গী খোল্লাউ
নাপংবনি ঐদি মতমসিদা।
অশোন অনা লায়র অনং উরগা
পিরিক অমফাও শীগ্নীংদে
হৈতে ঐ কপ্পসু
নুংশুম কল্লবা থম্মোয়নি।

## শমজিন্নদ্রবা

চাওখৎলবা মীওইবগী সভ্যাতাসিদা
ঙসিদি ঐ
মমানা ইম্নোকপিরবী মচানি
মবুংনা নুংশিবিদ্রবী মচলনি
অহলনা পাম্বিদ্রবী মৌনি
মপূরোইবনা চানবীদ্রবী নুপীনি
গুরুনা তাথীবিরবী শিষ্যনি
সমাজনা ইম্রেক্রবী প্রজানি
চণ্ডজফম লৈত্রবী ভিক্ষারিনি
থুংফম খণ্ডদ্রবা অতিথিনি
অধিকার ফংদ্রবা নাগরিকনি।

মোইরাংথেম বরকন্যা

# কুরাক

মনীংতন্না পাইজবা কুরাকপু ফাদুনা
লীক্লিদা হাপচিল্লী, ঈশিং হৈজিল্লী
অদুগা থেক্লা নোকই
মরাল লৈত্রবা অঙাংশিংনা,
মচুগী মহুম থাদোক্নুনা
করিগীদমক পাইনীংলুবা
ফাইরেন্থগী লবুক, হঙাম মপানগী ঈথক্তা?
ঙাইরি মখোয়বু মরূপশিংনা
অথাপ্পা মহুমশিংদা,
শারূং মপূং ফাজদ্রিবা মচাশিংনা
মচু মচুগী পূক্তিনা।
মৃৎথ্রে মথন্ত ঙংলম্বা ঈশেগী শুর
লাঙতক্করি শিরুন্নরবা থরায়না,
নাম্থেকনি কৈদৌঙে কৈত্তমশঙসিদগী
লূপফেৎ লূপফেৎ তাউরি ঈশিংলক্তা
শাগল তেক্রুবা শারূংশিংদুনা,
মতৌবু উরগা পেঙ্করি অঙাংশিংনা
মতীক নত্তনা শীংনরিবদু কল্লবা লীক্লিগী ফক্লাংগা
অঙকপা কুম্মৈনি মখোয়গী মফমদদি।

## শকয়েং মিংশেল

নশাগী অশেংবা শকতম্বু পাম্মজদ্রদুনা
নোংমা নঙনা থুগাইখি
নমাঙদা লৈরিবা শকয়েং মিংশেলসিবু
মচেৎ কয়া থোক্লা
ঙসিদি অমুক মপুম ওইনা শাগৎপা ৱারগদবা
মচেৎশিংসি অমমম্তা ওইনা শূনগক্তুনা য়েংলি
মচোই মচোইনরবা নঙগী মাইথোংগী শরূকশিংবু
অদুগা শেম শারি মাঙগ্রবা নঙগী
শকতমদুবু লাকশীনগে হায়না অমুক।

## মীৎয়েং

লৈঙোইগী ঈপাক্তা থিনগৎলকই
তনৌ তনৌ লৈয়োন অমথক।
কল্লবা মৈশা তেমশীংনরকই
থোৎ নৌববী লৈকানা।
পুক্নিংগী থুপ্লবা ময়েক কয়া
কেকু লোৎলি তিংখং পানবী লৈথোক্তা।

# মালিকা

নঙগী তমথীবা থম্মোয়গী অখাবা উল্লেন
অখাক অরাওগী নোংজু
হৈথরগা ঈথকসিদা
ঐবু মাইথীবা পীরে খন্দুনা
পোল্লবরা নঙনা?
অরানবনি নঙগী রাখলদু।
ওইরম্লবা নঙনা হৈনৌ মপাল মনম পুবা মালংবা
হোৎনরমগনি ঐগী লৈনম্লসু হম্লুনা পুগে হায়না
ঐগী ফীজি ফীনাদা ঙাথু থেংথুনা
নুংশি চীরোল তৌবমগনি
খঙগনি মতমদুদা
থম্মোয়সে কয়াদা থোৎ নৌগ্রবা।
ঐদি মালিকানি
থাসিগী অহীংদসু লৈকা ফন্না শাৎচবী
রাকচীংগী উনখাক্তসু নাচুংদনা লেঞ্জবী।
ঐগী থম্মোয়গী শুর
ঐগী পুন্সিগী শৈরোল
নঙনদি করম খঙগনি।

ইবেমহল

# নুপী

মশানা শেমজবা মহুন্না
মশাবু চেৎনা য়োমশীনজরবা মুপা তীনগুম,
শীঞ্জিন্নফম খগুদ্রবা অমনবা লৈতেংশিংনা
নশাবু চেজেৎ য়োমশীনজদুনা
করিগী লৈরি হৌজিক ফাওবা,
নমদুনা শেম্বা চৎনবী কয়াগী পল্লোনুংদা
করিগী ওইহনজরি নশানা নশাবু বন্দি।
লীখিবা তারিববা হৌজিকপু নৌহৌননা
পন পুম্বা নমখায়দুনা
থৌনা শক্তিগী উরোং খিন্নম্বী
মখোয় কয়াগী বারী।
নগুসু ফম্বা য়াই বায়েলশগুগী ফম্বাল
পায়বা য়াই নখুৎতা, বায়েল চুপলী।
করিগী লৈরুনি
অমম্বা কাখুনুংদা
থৌপাগুদবী অয়ম্বীগুম।
থুগাইয়ু, নমখায়য়ু কোয়শীল্লিবা পল্লোন
চীকখায়রমদুনা কুরাককুম য়োমশীললিবা কুয়োম
শকখগুনরো অহাগুবা নোংদোলগা,
কান্নদ্রবা অমনবা লৈতেংশিংনা
পুনশিনখিগদবগী শরুক য়োৎহিলং ওইনা নগুবু।

ওইগদবা নত্তে পাঙ্গলশোনবী
খোৎলবী লূ-তোং খক্তনা।
ওইয়ু হু-তৈরবা তিংখং
নীচৎ তাইওন্নরবশিংগী মখোঙদা
নত্তে নঙদি লৈ
মৈনী, মৈরী খোক্লা চাকউ
মৈরীদুনা ওলহল্লু তাঙ্গোই
ঈ চুপ্পদা হালেংদ্রবা মখোয়বু
মৈরীদুনা ওইহল্লু লমজিং মৈরা
লম্মাঙনরবা খুন্নাইসিগী।

## খোল্লাউ

চাওখৎপগী মচুদা
মশাবু হাঞ্জিনবমখৈ লূপশিল্লবী উচেক মচাশিংদুনা
অহাঙবা অতিয়াদা
মনীং তন্না কোইপাই পাইরদুনা
লাউরি,
ইনীং তমহনবিয়ু ঐখোয়বু
ইনীং তমহনবিয়ু ঐখোয়বু।

## নীংতম্বা

ঐনা ইরি
নীংতম্বগী শৈরেং
অসূম অসূম চপসিলকলিবা

থারবা ফক্লাং মরীনা থাজিন্নবা
পীক্লবা কাখ্‌সিদা ফমদুনা।

মপান্দা, অকোয়দা
মমাবু নুংশিবগী
পিন্নাংনা থুমহৎলবশিংনা
মমাগী নীংতম্ববু
মকোকথক্তা অমুক্তং হাপকৎচনবা
চেন্নী, মথা চীক্লদুনা
খুদুম শীংলদুনা,
মতুং কোইইন ইন্নরিবা
লুন্নবা বুট মখোলশিংগী মমাঙদা।

বোম পোখায়খি
নোংমৈ কাপ্নখি
অহিঙদস্‌ নুংথিলদস্‌,
লমহাঙদস্‌ মীরক্তস্‌।
ইহিং নাইহিং শারবা ঙমু ঙক্লাঙম
তারি হকচাং কয়া
শকখঙবা শকখঙদবা
মরাল লৈবা লৈতবা,
অদুদগীদি মহৌশাগী মহৌশা।

ঐনা ইন্নি
নীংতম্বগী শৈরেং,
খঙহৌদনা তাবকই
ঐগী শৈরেংগী লমায়দা
ফোঙ ফোঙ শারিবা
অঙাংবা ঈ মরীক মরীক।

কেন্ত্রিময়ুম সুবদনী

# উৎ চাইবা

করি কান্রে শকখঙদবা
শেগাই শেগাইদুনা উৎলগা
হকচাং হকচাংশিংদুগী কয়াৎশিংদু
উত্রিবদুগী ঈথৌলাংলবা ঈনিলদুদা
পোৎথাহনবা পান্না মীপুম তিংনা
অদু ওইরবদি গুম্নমক ওইহল্লো
ফি শেত্তবা লমলক্কী শা
মীনা য়োক্তবা মনীং তন্নবা।
শাগ শাগগী মরক্তা ইকাইবা নৈতে
মখোয়দা অচোপ্পা করিনো খঙদে,
খঙবসু পামদে
খঙননবসু হোৎনদে, খঙলুবগীসু কান্নদে
মসিনি, মসিদনি
মীগা শাগা খেন্নবা।
শা মকোক পানবশা
কৌরো শায়ামদো
নখোয়গী খুকৌ অথন্নবা খঙনবদো
লাউনা ভাঙবা য়াদবদো
লোম্না নখোয় নশেনতা খঙনবদো
অদুগা তরু তরু পাঙজরিবা
নৌরিবা অঙাংগী মীৎতা
উৎতি চাইশিন্নকনু।

## হিংবগী মমল

শাহিংচাবা শারমচৎ চৎপা নখোয়না
নৈথৎপীখি নৈমল চলহনখি
খাঙভমদনা খাঙহনখি নৌজরিবী হকচাং
করন্নবু উৎকনি করন্নবু চৎকনি
হরাও হরাও মীয়াম মাঙদা
মীকুপ মীকুপ খুদিংদা
তমখিবা থৌদোক অদুবু
কাউখ্রো করম্রা লংখোক্কনি
থৌরি কোঙোই হকুনা
থরায়না পোম্লা ওইনিংদে
হিংবগী মমল অসিবু
নখোয়খক্কগী ওইববা?
থোক্লিবা থা থরান অতিয়া
নখোয়খক্কগী শেন্নবরা?
যুগ যুগ খুদিংদা হিংলক্লিবা অসিবু
নখোয়খক্কগী ওইবরা
হিংবগী মমল অসিবু
নখোয়খক্কনা লেপ্পরা?

## ঐগী মীৎসি মীৎ নহা য়াওদমাল্লে

ঐগী মীৎসি মীৎ নহা য়াওদমাল্লে
মাঙদা লৈরব্বা পুন্নমক
কান্নপা খৈরগা উদনা চৎলি।

মবুক কংবা থরোইনা
লৈবাক্রেবু নোইহক্তুনা মাঙহনবসি ফনা য়াম্নে,
ঐদি থোইনবু য়েংনিংঙ্গবনি
শাওনিংবনা হকচাংসি থক থক নীক্রবনি
হোসপীটালগী কাদুদা লৈনা অমথক
পক্তুনা খোঙনেৎননা লৈরম্মদু
উবদদি থব্রায় শোকই,
শোকই কৈদৌনি
খুদোল খোঙউপ উপ্পী নুপী অমনা
গলি অমদা ফিরুক খুমদুনা কপ্লদু
ঐদি খঙদে
খঙদবনসু পীক থস্রে
খঙদবনসু ফরে।
হব্রাগাডী মথক্তগী নুংয়াম হম্বরকপদা
খোংবান্দা শাৎচবী লৈরাং অমথক্তা ননশিনবদো
উহৌদে
উরবসু উদে
খঙলবসু খঙদে
মরমদি
ঐগী মীৎসি মীৎনহা য়াওদমান্নে।

## মৃৎফদে ইমা নঙগী খোঙ্গুল

ইমা,
চরৈ ফিবু কৌনা শেৎ
খাংদা খাচেৎ মচি লাং
সুতুংগী শম্বুল কিশি কি

অকিবা মচেৎ য়াওদনা লাম্বেংনরম্বা
ঙসিদি,
ইমা নঙনা পোকপীরম্বা নচাশিং
থেংনবা তারি লাল অমা
অদুগুম্বা নুপীলাল।
চাননবগীতা নত্তে, শেৎনবগীতা নত্তে
মূৎথিগদৌরবা খোঙ্গুল অমগীদমক্তনি।
খোঙ্গুলসিগীদমক্তা
মতম ওইহ্রে মীকপ থোকপা
ইমাগী মমোমশিং –।
ফক্লাং মরিগী মনুংদা সতি শাদুনা
লৈথোকফদ্রে ইমাগী মমোমশিং
অরায়বা ফিজোল থাদোক্লুনা
পূরুবা মীংলেন লংথোক্লুনা
কনশি লাও, য়েংশি লাও
ইমাগী খোঙ্গুলনা তামথ্রিবা
মূৎফদ্রবা খোঙ্গুলনি ইমাগী খোঙ্গুলসে
খোঙ্গুলসিনা লম্বীনি লাক্কদবা মচাশিংগী।
মতম ওইরে থোরক্লো
মূৎখ্রবদি খোঙ্গুলসি, অমুক থিবা ফংলরোই
নশাবু নশানা খঙলরোই
কনানো হায়বা নীংশিংলরোই
মিংশেলদা নমি তাররোই।

চন্দ্রকালা তোংব্রম

## মীতম্বাল

অপঙবা লিশীংগী ঈ থক্তুনা
পুম্নিগী পজেং ফিরাল থেংখ্রবশিংনা
চাক চথোম অমগীদমক
চেকশিনহৈদ্রবা য়াউগী শঙ্গু শঙ্গু
কাক্কী মখয়াত্তগী, কক্‌য়েননা মুন
কক্‌য়েনগী মখয়াত্তগী, লংজানা মুন
ঈ থকলি, শাদোং চারি।
হকচাং তম্খায় শিরবা কয়ানা
নাম্ভুগম্নবা নুংপাক্কা কোয়দুনা থম্নবা
খোংলম অমত্তগী পীক্রবা লম্বীদা,
চানবগী লান, হিংনবগী লান
লানথেংনবি, ঈহিং-নাহিং তানা
মরৈ লোঙবা নেতা কয়াগা।
লৈঙাঙ শঙবা, লম্বোইবগী ফিজেত্তা
মিত্রং তৌরি, যাদুগরশিং অদুনা
মাঙলমচৎ পুম্বা, ঙম্নমক লোৎশীন্দুনা
ভক্ত, ঋষিগুম শ্লোক থীরি।
পুম্নিগী অকংবা উনা মরক্তা
মরেক মহাও কংশিনখ্রবা থবায়শিংনা
মীতম্বালশিংবু থম্মোয় শোক্কা চৈরি।

## হিংনিংহৌরি

মখোঙ মখুৎ কেম্নবা

মমিৎসু তাঙলবা নুপাদু
নীঙ্গোংনা শীৎল-শীৎলদুনা
মৈ হৌনা শারবা সোরোকসিদা
চগুংনরবা মীয়াম মরক্তা
নির নিরগা চাহৌরি।
রাখল চোইরবা অঙাওবীদু
শেগায়রবা মফি শেৎলদুনা
জগোই শাহৌই
নুংশিনা ঈশৈ শকতুনা।
শেঙ্গাও লাকপা পোৎলাকপদু
চেলহৌই মীরক খায়দুনা।
শম্বোই শঙ্গু কূলহৌই
মতীন তারদুনা গলিদা।
ঈ চূপকে খল্লিবা,
লীচৈ পায়বা ভাবোগাদু
অশোয়বা য়েংদুনা ইন্নহৌই।
ও। অসিবু, অসিবু।
ঐ খঙদে।
ঐ খঙদে।
ঐ করিমত্তা খঙদে,
পুন্সিগী লম্বী খুমজিনগ্রবসু
তাইবংপান্দা ঙন্নমক হিংনিংহৌরি।

## তেংথাখোল

তাও তেংথাখোলসে তাও
নুংহীক্লরবা থম্মোইগী মীকপখোলসে
থম্মোই কায়রবী পলেমশিংগী
পারি মমোম শেৎনবগী।

ধর্মনা, ফিজেৎনা, লোলনা
ইপা ইচা কায়নরে
ইপু মরী তৎনরে,
লোইবী চীংলোন মাপলদা
খাম্বী, মৈনা পঙ্েংলে
মোংবা শঙ্গাই মৈরায়রে
মপারি নমদা পো
মমোম খুজেং পাল্লোইনা
য়াইবী হিংনবা লালজেললে
উমং রামং ফাওদুনা।
লোইবী তোংবা ইবুংশিং
ঙাক্লমনা উকাবা উতোল লোমমীদা।
কংলৈপুংগী পুংময়োম্বা
কাংলুপ নাইবা থাঙয়াননা
থরোইনা মীচিকপা শব্দ ফংঙিদা
লাও চীংবুরোই পাঙ্গলবশা
লাও তম্বুরোই অথৌবশা
ঈপাম খাম্বী মৈচাকলে
ঈনা থাউ ওইরকলে
খাম্বী মৈবু কনবীররো
চীংমী তম্মী অমত্তনি
ইয়াম্বনা পনবান ঙাক
ইশানৌতোননা কংলৈ তোং
রাশক পরে চন্নখিবা
কাউরবরা অদুঙে হয়িচকী,
খুজেং পাল্লোইনদুনা লেম্নরুসি
মহাসাগর লাননা ইমাবু।

চোংথাম নন্দা

## পাউজেল

মালেমসিগী মফম কয়াদা
লেপ্তনা তারী ঙসি ফাওবদা
অমম্বা লোকনুংদগী চোংখত্নুনা
অঙানবা মফমসিদা লেপমিন্নরবদা,
শাবমচংকী থৌদোক কয়ানা
অমম্বদা মখোঙ অমুক থাংজিল্লিবা।
চহী হুম্ফু শুববী কোরিয়ান
শরাক তমখিবা জপানীজ সিপাহীনা,
নৌবিবী কয়ানি ভারতবর্ষগী
মৈ থাখিবা অউন পোৎকিদমক,
খা আফ্রিকাগী কুচুমুবিশিং
থবায় পান্দবিগুম,
ইবমসিগী নুপীজা কয়ানি
পোমশাৎনবিঙৈ কেমহনখিবা।
খুৎশন্নরসি মালেমগী নুপীপুম্বা
ওইহনসি মালেমসি মীওইবগী খুন্নাই।

## খোঙফমদুদা

উনা উনা মাঙখিগদৌরে
চৎনবী, নুংশিনবা পুন্না হিংমিন্নবা

য়েংনা য়েংনা মমি শামথরক্রে
ঐখোয়গী ভূংগী নহারোল।
মতম ওইদ্রিবরা হৌজিক
মমা মচেম ওইবীশিং
খাঙচেৎ মচী লাং
খুত্তা মৈরা পায়
য়েক্লা মায়োক্লবা,
অমুক্তং খুৎশন্নসি
অমত্তা ওইনা
খঙহন্নমসি মালেম পুম্বদা
ঐখোয়নি মীতে নুপী
লেপলসি ঐখোয়
লেঙদবা খোঙফমদা
অনৌবা লাঞ্জং অমগী।

## খোঙ্গাং

নুংশি হৈতনা নৈহৎপিগ্নবী
নচল নচেশিংদুগী
তেংথাখোলদুনা
খোঙ্গাং য়ৈরদ্রিবরা নথম্মোয়দা।
হু পুবা নিশানা
মথাদগী মচা মুনবিগ্রবী মমা কয়াগী
মচাশিংবু কৌবগী খোঞ্জেলদুনা
খোঙ্গাং য়ৈরদ্রিবরা নথম্মোয়দা।
চাক্লাম খোঙচৎতা
নখোয়গীদমক্তা থবায় কৎখিবী
খোঞ্জেল হৌনা লাউরম্বী
থৌনা ফবী মাগী খোঞ্জেলদুনা

খোঙ্গাং য়ৈরদ্রিবরা নথম্মোয়দা
ইতিহাসকী লমায়দা
ময়েক লানা ইরম্বা
নুপী লানগী খোল্লাউদুনা
খোঙ্গাং য়ৈরদ্রিবরা নথম্মোয়দা।

## পুন্না হিংমিন্নসি

তমথীরবা চৎনবীদা
থাজবা থমদুনা
মখোঙ মথুৎ চেৎনা পুন্সিনজরবী
ফক্লাং মরিগী পন্নুংদা
মীৎলু পিরাং কংজদ্রবী
মখোয় লোইনমকসুনি
লুকমায় কোকথোংনদুনা
নোংজু নুংশা মরক্তা
হিংনবগী লানথেংনরিবী
মখোয় কয়াদুসুনি,
লৈরি মখোয় কয়ামসু
লৌশিং মঙাল ফংহন্দা
নমথদুনা থম্বীবা
মখোয় ঙন্নমক্কসুনি,
নঙনা করি মখোয়না কবি
নঙসু নুপীনি, মখোয়সু নুপীনি,
করিগী নথম্বা নারক্তা শিদ হীদাক হেক্রুগনি
করিগী নথম্বা মৈনুংদা চোংশিনগনি
ঐখোয় পুন্নগী অধিকার লৈ
ঐখোয় পুন্না হিংমিন্নসি।

কোইজম শান্তিবালা

## লম্মুকনবা

অঙাংবা মচু
ঈমুক ঙাংবা ঙাংশং ঙাংবা মচুনা শঙলবা,
খোঙ্গুল পরেংসিগী
খুদুং লীদুনা কয়াদি রানা লাকলে।
আশা।
আশা অমদি তৌরকখিবনি
খোঙ্গুলসি উরুগে,
লৈরম্বা য়াই খল্লুই
মচুসিনা থল্লবা অপাকপা ঈপাক অমা,
ঈপাক্কুদা ঈরোয়দুনা শান্ননীংখি
ঐগী থরায়না নীংতম্লা।
অদুবু
পামজবা ঈপাক্কু য়ৌদ্রিগে
কুপশিন্নক্লে মায়কৈ পুম্বা শুক শুনা মমলবা অমম্বন
লম্মুকনহল্লে ঐবু ওয়্রোক্লা তমথীনা।
খঙহৌদনা নেংথরুরে ইখোঙ অসিসু
নাপীতনা কুপলম্বা লৈনাংগী ঈপাক্তা।
মাঙখ্রে
খুদুং লীজরকপা অঙাংবা খোঙ্গুল পরেংদুসু
মফমসিমক্তদা।

## মৈরানবী অমদি মৈরী

খুঙংগী মচী অমদা
ইমুংগীদি মচী অমদা
ঙাল্লম্মি মৈরী অমথক
লংথ্রিক লংনা।
পাইশিল্লি মৈরীদুদা
মৈরানবী কয়ানা
থাদোকই থল্লায় নীংতম্না।

হৌজিক্তি মৈরানবীশিংদো
ওইনীংলক্রে মৈরী,
পামলক্রে মৈরীগী শক্তি
মখোয় খুদিংমক ওইনীংলে মৈরি
মশানা মশাবু মৈরীনি হায়জরে
মৈরী ওইনীংবনা ঙাওরবা মৈবানবী কয়া
কোইপাই পাইরি।
মৈরীদো তনিক তনিক্লা খাগুলি
মৈরানবী কয়ানা পাইশিনবদা।

## নাম্ভোকপা ঙমদবা

চহী চা কয়া কয়াগী মতুংদা
ইতিহাসনা মীওইববু অমুক অমুক চাথোকই,
ময়া লাওনা কারদুনা।

কাঙলুপ কয়াগী
শরূ শয়াং পেদ্রেক পেদ্রেক
চেন্নী মীওইবনা মদুদগী হিংজনবা
অদুবু ময়া চৌবা মুশিন মুবা
চাউ শাংলবা শাখিরবা হিংচাবগুন্না
শাংদ্রোং শাংলবা মখূত্তু তিংথোক্কুনা
তাপ তাপ ফাখি অচেনবশিংবু হাননা।

## ঈশৈ

চায়াম পোকপী ময়াং কংবী নুপীদুনা
নুমিদাংবাইগী মেঙল মঙান্দা
শকচগে খল্লি নুংশিনা ঈশৈ
শৈথারদুনা ফজরবা তাইবংপানবু।
য়ৈহনগে খনজৈ খোঙ্গাং শীনবা থুংনা
চীং, পাৎ, তুরেল, উমং-ব্রামং
লবুক লমহাং, খুঙ্গং সহর।
গুরগী ঈথক্রা তাউথোকহনগে খনজৈ
মী লাই শা ঙন্নমক,
অদুবু মচাশিংগী কপনবগী লাউনবগী খৎনবগী
খোঞ্জেলনা নমহৎখি অসুম অসুম
মাগী মেঙলবা খোঞ্জেলবু।

খুম্বোংময়ুম বীমাবতী

## ইম্ফাল

অয়ুক,
ইতেক তেকখৎলি
থৌনা ফরকই
শেন্দোং তাম্নরকই।
নুংথিল,
দ্রুঙ দ্রুঙ
গ্রুঙ গ্রুঙ
খা-ৱাং মনীং-মমাঙ
শামু ফাগে লাকনবম্বা
অকুনবা শামুগী মরুমদা
পাকথদুনা লোৎলি
ইশোন শোম্বরকই।
অহিঙ,
বিজলিগী মঙাল মরুম
বসন্ত লাকই
কৈথেল লাইবেম্বী
ইকাইনা লোৎচৈ।

## নুপী

নঙদি সৃষ্টিবু শেম্বীনি
পোকপিবনি য়োকপিবনি

অদুনবু কৌরিবনি 'ইমা'।
নঙদি হৌরকফমনি
অপাম মিহৌ পুৰগী
অদুনবু তুমলিবনি
লৈবাক কয়া মী কয়া
উৎকী মপে ওইনা।
নঙোন্দা য়াওরি
চীংশিনবা ওম্বগী শক্তি,
ওইরি নঙদি নুংশিবগী হৌরকফমসু
য়াওরি নঙোন্দা কখোকপগী শরুক।
নঙগী মিনুংশিনা থল্লবা
মোমোন্নবা মীনোক্তা
ননাক্তগী কনাবু চেঙ্খোক্কবা।
নঙগী ফাজোইনববা শন্নাংলক্তগী
য়েংলকপা মীৎয়েংদা
কনানা লেপকনি নমাঙদা।
মহৌশা ক্রৌবী মহাক্কা
পীরি নঙোন্দা অহেনবা
পুমথোই থোইববা গুণশিং
ফজবা, নুংশিবা, কখোকপা,
জীববু য়োকপীবা ওম্বা,
অথোইবা গুণশিং অসিতনসু
ওইহল্লি নঙবু
অপাম মিহৌবশিংগী মরুপ,
মখোয়না তাঁন্নে নঙবু
মখোয়গী খুবামনুংদা থমগদবগী
মহৌশানা পীবিবা
পুমথোই থোইরবা গুণশিংসিতনা
ওইহল্লি নঙগী পুন্সি মোংফমসু।

## নীংজবা

মতেং পাংবতনা শিনফম ওইরবা
পোৎলূমতনসু খোঙ থাংবা ঙমশিল্লক্লবা
মসিমক্তদসু মপুগী শাজেনা লেপ্লক্লবদুদা
খল্লকই গাড়ী ষণ অনীদুনা
মথঙগী মপোক্তদি হন ওইনা পোকচগে
মীওইবা নঙগা শন্নদনবা।

## শূম অমসুং য়ুম্বী

•
মথীবোং য়াওদ্রবা
য়ুম্বীদুগী মনুংদা
মশানা নিংথৌ
শেমজরিবা শূমদুনা
খেক্লা খেক্লা নোকই
গে – গে – গে
মথীবোং ইহো হোবক্লবা
লেপ্লা ঙমশিল্লক্লবা য়ুম্বীদু লোংনা হাইথবকই।
লায়ববা য়ুম্বুদু মোমোন তৌই
ঙসি নোংমদি চরু মৈ য়াঙলরোই।
তমোন তমোন তবুপ তবুপ
লেংঙম শাঙমদ্রব শূম নিংথৌদু
মপুরোইবা নীংবি সত্তিঙম
হিংনা হিংনা য়ুম্বীদুগা লোয়ননা
মশাবু মৈদা দান তৌজরকই।

কুঞ্জরানী লোংজম চনু

# অঙৌবা উনগী চীংদোন

অঙৌবা উন্না কুপ্লবা
র্‌যাং চাউরবা রোকি চীংমাই কয়া লান্না
অসুম অসুম কাখৎলি চীংদোন তন্না
কুচু মূবি নীংঙোলশিংদু
খোইরপ তাববা ফাজোইনববা শন্নাংদা
তত্তনা কাইহৌবিরকই উন পুবা নুংশীৎনা
মখোঙদগী খোঙজি তৎতুনা তাহৌই
মফম খঙদনা।
খ্বাং য়োনা পুখরবা তমথিরবা উনগী লম্বীদা
হনবা নাইদনা লেপ্পা নাইদনা
মমৈথঙদা মীৎমাংমক্তদা উবক্রে
ঙৌশ্রোক ঙৌবা উনগী চীংদোন
নোকফেৎ তৌবকই কংলবা চীনবানশিংদা
খল্লকই মীকুপতদা
ও। পৃথিবী নঙসে কয়াদা পীকশনখ্রবা
খঙহৌদা শীৎকৎলকই অকিবা ফংলবা নোংলৈ
রোকি চীংজাউ ফুক্তুনা পুগে মতাগুম,
কীপ্পরকই উনপাকশিং মশীং খঙদনা
অমগী মথংদা অমা
তাশিনখি লৈথা ফংদনা লুববা লোক্রুংদা
অঙৌবা উনপাকশিংগা লোয়ননা
কুচু মূবি নীংঙোলশিংদু।

# লম্বী

ইমা নঙনা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়খি
চৎলু নঙ শোয়দনা চৎলু
লম্বীসিদা, লম্বীসিদা
নঙ চত্তবা সুকয়া য়াদবনী
নঙ চত্তবা সুকয়া য়াদবনী
অদুগা ঐনা য়াং চাউরবা পম্বৈগী
সনা শঙ্গাইগী শূম চারবা য়ুম্বীশিংদুবু
চেৎনা কোল্লদুনা
ঐ চৎলোই, ঐ চৎলোইনে ইমা
অদুবু ঙসিদি কয়াদা ঙকখ্রবা
পূন্নমক তায়োন্নরমলে
ঐগী খোঙ খূৎ শিংলি নাউরিপুম্বনা
ঐ ইশামকপু ফাওবা তাক্রমদনা চৎলমলেনে ইমা
নোংমা নঙনা থরায় হকচাং য়াওনা চৎহননিংখিবা
ঐনদি থম্মোয় শোক্না চৎনিংখিদবা লম্বীদুদা।
অসুক কুইবা তুং খঙলকলে ঐ
ওইরম্বনি বন্দী ঐসি য়োৎকী শারং মনুংসিদা।

# ঐগী শন্নাংসিনা

মল্লবা লৈকাঙ চারবা
ইতিহাসকী লমায় কয়া লানথোক্নুনা
নঙনা অমুক হন্না ইনাক্তা লেপলরবদা
শাৎকায়রক্নেনে অনৌবা আশাগী থরান লৈরাংশিং

সে ফম্বিস্লসি মীকুপ অমত্তং ঙসিদি
মাঙগীসু খন্নুদা, তুংগীসু নীংশিংদা
ঈচেলনা হাক্সিনগ্রবা তোর্ব্বানথকসিদা
নোংথাংগী তথকপা শাজং
থাবলগী করেম্রবা মীনোক
তারমদাই কোরৌগী অখাবা মীৎয়েং
অশীৎ অন্নাম্ন্নগী তমথীবা শক্তম
কুপশীন্নগে ঙসিদি ঐগী চোইর শন্নোংসিনা।
ঐগী শন্নোংসিদা।

## শমজিরৈ অমগীদমক

ইপানথাগী ঈচেলসু লেপত্রবা
হিহোনবগী ঈশৈসু তাখিদ্রবা
থামম্বা নিংথমগী অহিংসিদা
চান্নবা নঙনা নখুৎ তুংবুন্ননা লেপ্লবদি ইনাক্তা
নিংঙাই তৌরক্কনু মহৌশাগুম
শমজিরৈ অমগীদমক।
কুপথ্রে ঙসিদি নঙগী ঐগী
অদুঙেগী শমজিরৈগী উমংদুসু
মহ্ কল্লবা তাংজ লিন্না
অদুগী মহৎতা
অরাপ্পদা চাক্রিবা লাম্মৈগী মৈরীসিনা মুৎখিদ্রিঙৈ
কৈথেল লাইরেম্বীগী মীকপখোলনা নিল্লদ্রিঙৈ
খোংনাং মনাগী লুহুপ উপ্পা ইনিংথৌগী
হুইথৌ লাবশিংনা চীফেঙনরকদ্রিঙৈ
চৎলুশিনে নঙ ঐ খুৎশন্ননা
নোংমৈ চীন্দোন্না অঙৌবা নৈ ওইনা শাৎলবা নৈকোম্দুদা
খুলহৌরুসিনে অকেনবা লীক্লু মরুশিং, ফিগাও থন্না।

কৈশাম রানী

# মঙাল

থিরকপনি মঙাল অমত্তং ঐনা
হেক খোঙদারকঔেদগী
অমম্বা তাইবঙপানসিদা।

নোংমা, অয়ুককি ফিজংনা কুপশীল্লবা শুমাং মচীদা
উখি থাজদনা মঙাল অমা,
খঙহৌদনা তুজুংবমখৈ পেনজখি থম্মোয়সে
চাউরবা আশা অমগা লোয়ননা
চঙসিনখি লেপ্লা নৈতনা ঐনা
মঙালদুগী মনাক তন্না।
ঐ ঙকই, তশেংনা ঙকই
ঐনা চঙসিনবা
মানা হন্দোকখিবা,
ঐনা চঙসিনবা
মানা হন্দোকখিবা
সিবু করিনি হায়সিগে।
হনবা নাইদনা চঙশিল্লী
শীংনবা অমগা লোয়ননা।

মঙাল মাবু তান্নবদা
পৃমচোক চোকথরে ঙসিদি ঐ,
মাঙথ্রে অপাম্বসু মাবু ফংনিংবগী

অদুবু, করাদা ঙকখ্রবা
ঐগী শক্তি য়াওদ্রবা খুবামনুংশিদা
য়াওরমলে মাদি মচী লেঙদনা।

## খোঙচৎ কায়রক্লবা পৃথিবী

নোংমা পোকলকখি
মীওই পুন্সি
পাক্লবা মালেমসিদা,
মতমপাক্তা চাউরকখি
চেন্না-চোংনা শাম্রজ
হৌরকখি ইতিহাস
পোকপা শিবগী।
ঙসিদি মীওইবনা শেমজবা
মীওইবগী লানফমদা
তমবীরবে লাম্লোং
হিংনবগী মহামন্ত্র।
পুন্সিবু নৌনা মনতিক্লরে
মাঙখ্রে আত্মাগী পোথাফম।

মীওইবনা শেমগৎপা
তমখীবা শক্তি কয়াগী
চাংয়েংফমতা ওইবদা
কায়রক্লে খোঙচৎ মালেম মাগী।

# নঙদি অশিবনি

য়ায়েনশঙ,
নঙ লৈবগী করি কান্নরি
নঙদি অশিবগা পাংখক ওইরে
নমীৎ পাঙদ্রে, ননা তাদ্রে
নারোল থোক্ক্রে, নথম্মোয়সু পানদ্রে।
তূমদুনতা লৈরে
ওক্কবী পৈশাগী মথানুংদা,
নঙনা তূমলিঙে
শরাক তম্বীখ্রে লৈরাং কয়া
শা ওন্নবা মীওইবনা।

খুম্মুনে, নঙনবু তাখিবরা
উপাই লৈজদ্রবীশিংদুগী মীকপখোলদু
খঙবীখিববা লৈশাৎ তমজবতা ঙায়বিবী
পুন্সিশিংদুগী অর্থ।

লাউজরম্বনি নোংমসু
কনবীনবা পাম্বে লৈজদ্রবীদুনা
শবাক তমনিংবনা ঙাওরবা
ঈ খেগৎলকলিবা শাশিংদুগী মখুৎতগী।
লৈকা পুম্বা চোইজাইননা
তাহনখি হিদেন তাফম অদুদা,
মদুদা নঙনা কৈদৌখিবগে?
উৎখিবরা মিনুংশি মচেৎ অমত্তং নথম্মোয়দুদা।

রাইখোম হেমোলতা

# নুপী

নুপীদি নুপীনি
তাইবং পানবগী মমা,
মিনুংশিগী লনগৈ, ফজবগী তুংফম।
নঙদি শেমগৎ শাগৎপা ঙম্বীনি
অদুগা মাঙ তাকহনবস্ ঙম্বীনি।
তাইবং শেম্না মপুনা
নঙগী নমিংদি নুপী হায়না থোল্লমলে।
ইকাইবনা নহাক্কী লৈতেং ওইনা খুদোনবিরমলে
থোৎচ মেঙজ মিনুংশিনা
নরল ওইনা শিন্নবিরমলে,
অসিমক্তদা নহাক্কা
য়িং অসিবু মুৎনবা
নশাদা মচু কয়া তৈশীনজরিবা
থক ওইথোকলোই
নঙগী নমিং হোংবদি
নঙদি নুপীনি
নুপী ওইনা লাকপনি।

# খোঙ্হাং

নৈহৎপিরবী থবায় কয়ানা
লাউরী ঙসি খোঙ্হাং য়ৈনা

খাঙলী চৈনা কয়া থম্মোয়দা
হিংবগী মমল মমি শামলকল্লবদা
শকফম হোংলবা মালেমসিবু য়েংদুনা।
তেংথানরী থম্মোয় শোক্লা
ঙরাংতা পোম্না লৈহৌবী লৈরাংনী
ঙসি লৈমন চনবগী রাহৌরি,
নোক্লবীগনি কিবনা তাইবংনা
লোন্না তুমিন্ তেংথাহৌই
করম্না হিংগনি মতু শোঙবী
শা ওম্লবদা মীওইবনা।
থরায়না থরায়দা নিন্দা তৌনা
মদোম খাঙজবি চৈনা কয়া
খোঞ্জেল তাখে লাউরুবগী কাম্রদ্রবদা।

## অরোনবা র্পদা

অবোনবা র্পদাদুগী মরুমদা
পৃমচীক চীকপা কাদুদা
করিগী চঙলুবিবা নঙনা?
নীংশীংখিদব্রা মদু যমগী লৈবাকনি হায়বা।

নঙবু তাখীবদাইনে
অচীকপা কাদুনা লীখিবা
তৃজুংলবা রারী কয়া।
ওম্মোকপনি,
অরেপ্পা মচুসু লৈতবা অরোনবা র্পদাদুনা
খনজিন্দুনতা লৈরবা কাদুনা

খারী পুন্নমক মীয়ক্রবদা
নও করি ওইগনি
খঙদে, নহাক করি ওইগনি।

## খাহং

লমহূইনা, শওমনা, কৈশালনা
হুন হুন্দুনা শান্নরি অওক অথোম বোলগুম
লমদমসিগী লৈঙাকলোন।
তাবীনবদি লৈতে প্রজাগী খোন্নাউ
খঙবীবসু য়াওদ্রে প্রজাগী অৱাবা।
তৌশিন্নবা ডিমোক্রেসিগী মিংদা
হিংহাং হাংলে,
হিংফুম ফুমলে
হিংশি শিরে লানজদবা প্রজা কয়া।
অদুবু,
করম্বা বিচার?
করি দন্দি?
শান্নরি লেপতনা লৈঙাকলোনবুদি
অওক অথোম বোল ওইনা।

মঙাঙলৈমা হিজম

# নুপীগী মপোক

পোকপদগী হৌনা খুদোংথীবতনা থল্লবী
পাঙ্গল শোল্লবী নুপীগী মপোকনি।
পীকলিবী লৌশিং তাদ্রিবী মঙোন্দা
করিগী হায়বীরিবনো মীগী ওইখিগদবী হায়না।
তাইবংসিদা হেক খোঙদারকঙৈদগী
মীগীতা ওইদুনা লাক্লবরা নুপী ওইবী হায়বসে।
সমাজগী মীনোক মৈশা কয়ানা
নোংমতসু মনীং তমজবা ঙমহন্দ্রবী মাবু
অমুকসু ঙাইহিরি চৎনবী কয়ানা, নমদুনা খুরৌ থাংগদবগী।
সমাজনা, চৎনবীনা
নমদুনা লাইবক থীহনবিরবী
নুপী ওইবী মপোক্কদা নত্তনা
লাইবক থীবা য়াওহল্লি
মাবু পোকপা মমা মপাফাও,
নুপী ঙাক্তা পোকপদি শাগে মৃৎলে খমলে হায়দুনা।
নুপীসু মীনি,
ঙল্লমক লৈ মশাগী অনীংবা অপাম্বা
অদুবু ওইহন্নী সমাজসিনদি
মশানা মশাবু ঙাকচবা ঙমজদ্রবী, মীথা পোনবী।
ঙসিদি নুপী পৃম্বা মমীৎ পাঙলবনি
চঙশিল্লক্লবনি অনৌবা থৌনাগী খোঙজঙ অমা
অমুক ওইদনবা মীথা পোনবী, পাঙ্গল শোনবী
ওইহন্নবা, লাইবক ফবী মপোক।

নন্দেশ্বরী হিজম

## খঙজবা য়ারে ঙসিদি ইশানা

পান ডুকান মনাক্কী উখোঙদা
তৈশীললী শুনু
কা চাবশিংনা
ওইরকই উখোঙদু মরাং তুরাংবা।
ওইরে ঙসিদি
জাতি অসিসু
পান ডুকান মনাক্কী উখোঙ,
হনজিন হনজিন তৈশীনবদা
মীজাতিগী মচু,
জাতি খুদিংগী হরাও কুমহৈদা
চীংথবা লৈতবা ঐখোয়না।
অদুগা অমুকসু
হিংনা হিংনা শিজরবা ঐখোয়না
অশিবা ওইনা হিংনবগীদমক
ওইহললে লৈবাকসিবু ডষ্টবিন
অমোং অকায় থাদনবা মীরানচা কয়াগী।

## কদোমদনো নখোয়গী খোঙথাং

নুপী,
নঙদি ইমানি,

হায়বি অসুম্না কনা অমনা।
হায় কনা অমনদি
পাপতনা তাশীন্দুনা শাবা নঙগী হকচাংনি,
করেমনৈ অমুকসু করিঙম্বদা
নঙদি শাগেগী মৈতাল অশীবিনি।
হে নুপী ওইবীশা
কদোমদনো নখোয়গী খোঙথাং?
নখোয়বু মীনা শীথনবা হিংবরা
নত্রগা মীনা থাগৎনবা হিংবরা?
থাগৎলগা লুমথবা
শীথরগা য়াংখৎপা
নখোয়বু ডুকানগী শের ফালারা,
কদোমদনো নখোয়গী খোঙথাং?

খোকচোম নিমা

## লম্মুক্করবী

অশংবী।
মতোমতগী মরায়বক্তা
মতোমতা শুজিললি
খুত্তুমনা
খুদাংগী খুজি থুদেকই,
মথানুংদা কোশিঙ্গে
অপীকপা মচা অহুমবু।

নোংমা ফাদোক
মবুং মৌপা লাকপদা
মখা লাওনা খোংলকই
য়ুমলোন্নবগী হূইনা,
চীম্বান চীক্কুনা থাঙজৈ।

অশংবী।
মচা অহুম য়েংলগা
নমথেক্কুনা চোংথোকই
থোঙজিন মপানগী
কেক্তজ পাম্বী।

## অনৈবা ঈশিং

অফিসার, ওঝা, নুপী, অগাং

থোঙউপ পায়দুনা থোরকই
মরূপ শাগ্রে
লৈকুৎ কোক্সুৎ
শান্নম ভিন্নম।
মখোঙ মখূৎ
হ্যামদোকনৈ
সরকারগী পুথ্রিদা
অদুগা
চৎনখি মথৌদা।

## নুপী

বিজ্ঞান অমদি টেকনোলোজিগী মথোলনা
নীংখায়রক্লবা মালেমসিদা
নঙগী তাইবংদদি
নোংমতা হোৎপা ঙমদ্রি
মপুঙ ফাবা প্লসকী অঙ্ক।

ফল তারক্লদবা
ফোবমূলাগী অরোইবা তাংককতা
থৈদুনা পুখি কলম মচীননা
অমুবা গ্যাল্যক্সি অমদা।

বিষুব লৈইগী ব্লাংমা লান্না
নুমিৎতা লান্দারিবা প্ল্যানেটশিংনা
পুথোরকই থি-হুমদুনা সিম্বোলগা
বিবৃগিয়োরগী মচু ওইনা।

সিংহাসন ফমলিবশিংগী পিস্তোল
ময়া কুন্নবা থাঙগুম
নঙগী তাইবংগীদমক
মুকশন্নদুনা নঙগী মায়কৈদা লালহৌরিবশিংদা
শীজিন্নবা গুমদ্রি
বিটো পাওবার।

## লায়চুবা

তীন্নাইখোম্বীদা তোংলুববা কাঙদুনা
ঐগী অশেংবা ঈ-মখৈ চুপথোক্লগা
থাজিল্লকখি তীন্নাইখোম্বীগী মহিকশিং
অদুদগী লায়চুহৌই
হকচাং কয়াৎ খুদিংমক
হৌজিক্তী ওইহৌবে
ঐগী হকচাং
মহীকনা ওমলবা তীন্নাইখোম্বী মকোন।

সাপম বিজয়া

## থৌদাং

গনতন্ত্রগী মায়খুম উপ্রগা
লৈবাক্কী ব্রায়েল থৌদারিবা
অঙম্বনি নঙদি
অদুনা ওৎলু নৈয়ু,
মচীন পানজরবসু
ঙাঙবগী শক্তি লৈজদ্রবা
মখোঙ পানজববসু
চৎপগী পাঙ্গলদি য়াওজদ্রবা
হিংলি হায়বতা ঙায়ববা
শব্দ পোলাংগী শক্তম ওল্লবা কয়াসিবু।
শা-কৈনা থল্লবা শারংদা
থাজিন্নু মখোঙ মথূৎ পুন-পুন্দুনা
নত্রগা লংসিল্লু
মৈচাক ফনা চাক্লিবা মৈনুংদা।
মসিবু ঙমদ্রবা
নত্রবনি নঙ অঙম্বা
মতমসিগী ফমনাইবা।

## আশা

থেক খোয়রবা ঈচেলগী তোর্ব্বানসিদা ফমদুনা
ঙাইরকপনি ঐনা নঙবু,

হৌজিক্তি পুমচোক চোকথরে হকচাংসে
ময়েং তাশ্রে লৈজরম্বা পাঙ্গলসু
অদুবু ঙাইবদি ঙাইখিনি
লৈথরকলিবা নুমিৎসিনা
অমম্বগী মথানুংদা লোৎখিদ্রিফাওবদি।

## ম্রাকৎ

মিনুংশি চাওবা, থৌজাল হৈবা
তাইবংমীনি হায়বদাই নঙসে,
অদুগা করিগী অদুক তাইওন্নরিবা?
লুম্নবা পোৎলুম কয়ানা
ইথক্তা ননশিল্লগা
ইনম তৎপমখৈ য়ৈবগা
লাঙলবা মীয়াম মরক্তা
পুনিংবা মায়কৈদা পুবিবা
উৎলিবরা নঙসে কন থৌবনি।

ইচীল পাল্লবসু ঙাঙথো… …ঙমজদ্রবা
ইনীং তম্না চৎচবসু …ংদ্রবা
হিংবগী অর্থ থোক্তুবা পুন্সিসিদা
পীরিবা নঙগী চৈথেং পুম্বা
খাঙবা তাবনি ঐদি
নখা পোন্না হিংলুবনা।

# ইনীং তমহন্নু ঐবু

ইরাল করিনোস্ খঙদনা
করিগী থমলি ঐবু
চেকলোন তরেৎনা খাজিন্নবা
শুক্রবা কৈশুমশঙ মনুঙসিদা
চুপ্রিব্রা মসিবু নঙগী রায়েন্দা?
অচুম্বগী রাকৎ
পেন্দবগী খোন্নাউ
চন্নফম লৈত্রবদা
করিবু কান্নরি মীওইনা পোক্রুবগী মালেমসিদা।
ইশাগী কান্নবা ফংনবা
লৌনম তৌরগা ওইজবা থিকবা
থাজহন্নগা মীবু হাৎলুবা
তৌদে হায়বগীরা ফংলিবা চৈরাকসে।
লাউবা কনবনা অচুম্বা শকপা
শেঙ্গাও পায়বনা অঙম্বা শকপা
চিরোল হৈবনা মনা লৌবা
অদুদি কদাই রায়েন পথাপ
কদাই অচুম্বা লৈঙাক?
থাজহন্নগা মীগী ঈখেং থকপা
ঐদি য়ানিংদে মদুঙম্বা শাজৎ
নেৎথৎনিংই মদুবু ইখোঙসিনা পেন্না।
অদুনা লাউরিবসিনি খোঞ্জেল খোক্রা,
ইনীং তমহন্নু ঐবু
ইনীং তমহন্নু ঐবু।

ময়েংবম হেমাবতি

## সবরমতি তুরেল

শারবা গুজরাৎকী লমনি
সবরমতি তুরেলনা চেললী থেক্লা খোয়না
ময়ুম লৈজদ্রবা কয়াগা লোয়ননা।
ঈশ্বরদগী নিংজে
নোং নওদদি চুরনু
চহী চা কয়া চুরনু।
চহী অহুম হৌখ্রে
মখোয় মশেল হৱাওমিন্রে।
অমোৎপা চরৈনা লৈতেং ওইদুনা
অমুকসু কপচে
অতিয়াগী নোংনা লাক্রবদা।
অদুবু,
সবরমতি তুরেলনদি কপচে লোম্রা লোন্না
মথানুংগী মচাশিংগীদমক
নোংমদি মখোয়
কদায়দা হিংলুগনি।

## মুৎথৎশি লায়রবা

হাৎলু, হাৎলু
লায়রবা উপাই লৈজদ্রবশিং

নৈহৎশি মখোয়বু শিগ্রিফাওবা
হিংহনগুমসি লৈবাকসিদা মখোয় অমত্তসু,
মখোয় হিংবনা
ৱাহলনে ঐখোয়গী লৈবাক।
শেল পায়দবা তানখোকসি
ঐখোয়গী সমাজশিংদগী তোঙাত্রা
পীগুমসি মফম লায়রবা মখোয়গী
হাৎকদবা নত্তে মখোয়বু
থাঙ, তা, নোংমৈনা
য়াম্দুনা, থিন্দুনা, কাপত্নুনা
হাৎকদবনি শেনতনা মখোয়বু।
পীগুমসি লায়রবা কনামত্তদা
সরকারগী মীনাই ফম,
পীবা তারবসু লৌসি
লীশিং লীশিং, লাক্ষ লাক্ষ
গুমদ্রগা তৌদসনু থবক।
কংদুনা শিহনসি গুন্না।
লৈত্রবদা লায়রবা অমত্তসু
ওইরগনি লৈবাকসি ইনাকখুনবগী লৈবাক।

## বন্দিগী থৱায়না

চেকপল মরিনা কোয়শিনবা
অমম্বা কানুংদা
লোৎলী ঐগী হকচাংনা,
শান্নরী থৱায়নদি
অহাঙবা অত্তিয়াদা
মনীংতম্বা ফংজদ্রবা হকচাংগা।

# অশিবা

অশিবতনা কোয়শিল্লবা
অশিবশিংগী মরক্তা
কাউথোকই অশিববু ঐখোয় পুম্বনা।
অদুবু, য়েংঙু নুংশিবা
পাম্মুনা থমজবা মহাক
চংখি ঐখোয়বু থাদোক্তুনা
য়েংলমদনা কনাবুসু অশিবগী মোংফমদগী।
পুখিদে করিসু মহাক্না চংখিবদা
তুমিন্না য়াতাখিবা নংতনা
কল্লবা উপাককি ফমুংদা
থরায় য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংদুনা।
নঙনদি তেংথারি
শুপ্পতগী চংশ্রবা মহাক অদুগী
অশিবা থরায়বু কৌদুনা
ঐদি কপতে অশিবগীদমক
কপ্পী পোকপগীদমক।

খাইদেম নন্দনবালা

## মী

মী হায়ববু করিনো
ঐ খঙদে
হৌদোঙ মকোক পানব্রা
হূই মকোক পানব্রা
য়োংগুম্না মমৈ পানব্রা?
নত্রগা
রোবার্ট ব্রুসনা শুরুংদা থেংনখিবা
মাবু থৌনা হাপখিবা
মদোম মহমদা শিজবা মিদুরা?
নত্তে হায়রগা
মখোঙ অনী পানবা
মখূৎ অনী পানবা
মশম মূনা হৌবা
ওইদ পাদবতা ঙাঙবা
মশাগী কাঙলুপ্পু চাবা ঙম্বা
মবুক থোনবদূরা?

## লাইফদিবী

ঐসে ঐ ওইনা নৈঙমদ্রে
নঙনা খঙবিদ্রে

ঐসে ঐ ওইনা লৈনীংবনি।
হাইদোক্লগা অমোৎপা নখূৎতুনা
কোইয়েং য়েংঙী
কদায়দা করি ব্রাৎলি
পূনশ্রবা শম অমুক থাদোক্লুনা
অনৌবা ফি অমনা অমুক কূপশীল্লী,
চাগদবমখৈ মুন্না য়েংঙী
লাউনিংবনি হৌনা
খোঙ খুৎ থীন্দুনা
অদুবু নঙনদি
খক হাপখিদে ঐগী থৌনা।

## দূরদর্শন

*কুম থা শুফাত্তনা পোক্লবা টিঃ ভিঃ*
কাঙখল মনুংদগী তাইবং ফাওরকই মমি শামি
মরোল খোবকই, ময়েক শেংফাৎতনা
নুপা মখোল, নুপী মখোল
*লৌফম খঙদনা।*
ময়াম্না চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ
ওঃ শোইনাইবে পোকপদা ঙায়রিবা অহানবা মচাসি
মৈনীংকুল্লীবী মমা, আশা চাউজবিবা মপা
অনীদুদি করিসু নাচুংদে
মতম্বাক্তদুম থাংকৎলি
তিং তিং চাউরো।

## ইমা

তাহৈদ্রবা মীকপ মীরাওথোলতনা নিল্লবা
শুক্লা মমলবা লোইনাইদ্রবা অহিংসিদা
নঙবু করম লেল্লীবগে ইমা?
নচাশিংগী মসাদগী চাইথোরকপা ঈতনা
লৃপলে নঙগী নতম্পাক,
সিমত্তদা লেপ্পা নৈতবি চুথরকপদি
বোম তোপ নোংমৈ শুলিগী নোং।
থাঙখিগদ্রা অসুমমক ইমা
শুক্লা মমলবা
লোইনাইদ্রবা অহিঙসিনা লোইখিবা ঙাইদুনা।

ঙাইথেম ঙম্বীলৈমা

# হূই অরাংবীবু ইচা

ইস। তাপ্নরক্লেনেসে ঐবু
শোয়দ্রে শোয়দ্রে
হূই অরাংবীসিনা চীকপা।
হূইনা চীক্লবদি
হূই মচা পোকই হায় ইমানা
য়ুগসিদা, চহীসিদা
ইস। হূই অরাংবীবু ইচা ওইনা পোকপা,
ঐ ঙমলোই
ঐ ঙমলোই।
হো ইন্দোন অপাবী
ঐবু কপ্লো লাউ,
ইস। তাদ্রেনে ইন্দোন অপাবীসে।
হো খুরা দলেন নঙদি
হাইমা মকোক য়াওদবা নুপাগুম
খুবা দলেনসিসু
ঐবু য়েংলমদনা চঙখিদৌবেনে,
নিংথৌ ফমফম কাসে লান্দুনা
ৱায়েনশঙ য়ুমজাওগী মনীংসোমদা।

সুমিলা অসেম

# করিগী হায়রুনি পাঙ্গল শোনবীনি

নাম্বা অমা খোঙদারক্কে মালেমদা
হংনরক্কে য়েৎলা ওয়রা
নুপীনি
অস!
অর্থ লৈখ্রে ব্রাহৈদো
হায়নীংলিব্রা অসুন্না
নুপীগী মপোকপু,
লৈরাংগুন্না খোংলি
থাবলদা নুংওনবীনি
নোংলৈদা তনিকপীনি
নোংথাংদা মিপাইজবীনি
কপচেৎপীনি, পাঙদবীনি।
অরেম্বা ঙাক্তরা মখোয়দু
ভারত লৈকোম্দা শাৎখিবী
রানী লক্ষ্মীবাই, সোরোজিনি নাইডু, ইন্দিরা গান্ধী
মীতে লৈবাক্তসু কয়ানি
লীনথোইঙম্বী, থম্বালনু, রানী গাই ডিনলিউ
তাকখিদ্রা নৌনা মখোয়গী থৌনা?
নুপীদি পুন্নমক্কী মমানি
অখাঙকনবী লৈবাকলৈনি
মপুরোইবা নীংবদা সত্তিনি।
করিগী হায়রুনী পাঙ্গল শোনবীনি।

## মীহাৎপুংসিদা

ইমা, তাদ্রব্রনে নঙবু
মায়কৈ কয়াদগী নিল্লকলিবা
মচা কায়নগ্রবী মমা কয়াগী
মপুন্নোইবা শেংনগ্রবী নুপী কয়াগী
মীকপ মীরাওখোল
উদ্রবরা
ঈঙাং পাকতক্লবিবা ইমু পামফেন্নরিবা
ঙন্নমক নঙগী নতম্পাকতনি।
ইমা নঙনা ঈ-তা চুপ্লিবা
নঙসু ঈখেং মহাও খঙলব্রা?
ঈ-তা থক্লগা হরাওনরবা
ঈ-তা থক্লগা পেন্নরবা
মীহাৎপুংগী কুমহৈসে
য়েংবা নুংঙাইরিবরা?
নচাশিংনা শেন্নকপা ঈ-গী লম্বীদা
ইমানা খোঙনেংননা চৎলিবদু
পেনজরিবরা থম্মোয়দুনা।

## অনৌবা অয়ুক

ঙাইরিনে,
মালেমবু অনৌবা য়েন্নিং চোংহনবা ঙন্না

ৱাকচীংগী নোংনা চাকলিবা লাশ্বেৱু মূৎহনবা ঙৱা
নোংমদোল লীক্লানা খীকথরকপা।
ঙাইৱিনে,
ঐখোয় পুন্না হিংমন্নবা য়াবা
মচে-মচল, মপা-মচা, মচীন-মনাও মশক খঙনবা
অশান্তিদগী নাথেরবা
ঈগী নোং চুদ্রবা
অনৌবা মালেম অমগী
হিংনিংবা পোকহন্নবা
অনৌবা অয়ুক অমা।

## নোংমদি শোয়ররোহি

হিংচা য়াইতমলবা কৈশিংনা,
চেন-চোংনা শাস্ত্রজবগী
মনীংতম্বা পুম্বা মাঙহনবীদুনা
হনজিন হনজিন শরাক তম,
হিংবগী মমল লৈহন্নক্কবদা
খোয়শাওনরকলে ঙসিদি শক্তি মচাশিংসে।
পলেমগী খোমলাংবু মিতাদা
নুংশিরবা মবী-মতা থাদোকলম
অনৌবা হানৌ তুংওইনদুনা
য়ারেক্লক্ষ্রে শুক্লবা চীংনুং মান্নুংদা।
মমাঙ মমাঙমক্তদা শরাক তম্বীখ্রবা
মচীন মনাও কয়াগী মশাদগী
চেম্থিবা ঈরীকশিংদুনা, চেনশিল্লকলে ঙসিদি
বাশক লৌরবা মখোয়গী থম্মোয়দা লেপ্তনা।
নোংমদি শোয়দনা ওইরকলগনি মখোয়
হিংচা য়াইতমলবা কৈশিংসিগী যম।

অনুরাধা ব্রহ্মচারি

## নঙগী অনৌবা য়াওনশিদা

অরেপপা লৈতবা মতমশিনা
করিগুম্বা অমুক ওল্লক্নুনা
নীংশীংলক্রবদি নঙনা
থিরকউকো ঐবু,
ঙাইরমগে মতমদুফাওবতংদি নঙগী লুবাকনুংশিদা।

মতম অমদদি থম্বীখি ঐবু
নুংশি-চান্নবা নঙগী মোন ময়াদা,
মোমোন নোক্লা য়েংজখি
অহিং খুদিং নঙবু।
ঙসিদি, মমলবা মোৎলবা কাঙখশিদা
তাদুনা লৈরে, মল্লবা লুবাকনুংশিদা
ঐ কপতে, কপ্পুরগা করিবু কান্ননি
মসিদি নঙগী অনৌবা য়াওননি।
অদুবু অসিমত্তংদি হায়নীংই
নীংশীংলক্লরোইদবা ওইরগদি অমুকহন্না,
অদুগৈগী নঙ ঐগী শান্নফম লফূ মখোঙদুদা
ফুমজিনবিয়ু ঐবু চেৎনা।

# করিগীনো

খেন্নবা লৈরমলি করিগী
মপান থোংতগী ওইনা,
করিগী মান্নরব্বা নুংগী ঈনা।
পোম্লোইস্ মান্নে
শৈহৌস্ খেন্নদে
তাইবংলক্তা তিল্লব্বা কাঙলুপনি মীওইবা,
থাদোক্রমনি নোংমদি থবায়না হকচাংবু
কান্নদ্রবা হকচাংস্ তিনখিনি মালেমদা,
খেন্নবা লৈরমদে কবিগী
তাইবং হকচাংদা চেল্লীবা ঈগী মচুসে।
ধর্ম্ম, জাৎ, কুচু
কাঙলুপ কাঙলুপ খায়দোকপগুম
ওইহল্লব্বা য়াদববা ঈগী মচুস্
অঙৌবা, অশংবা, অমুবা।

থোকচোম জাঙ্গো

## নীংতম্বা

মখোঙ মখূৎ অমদি মমীৎ
চেৎনা পূনসিন্নগা
ফাজিন্দুনা থমলকলি নীংতম্ববু
শাংলবা চহী কয়া
শেনজাও পায়বা অচুম্বা শাবদুনা
মাগী শুক্লা মমলবা কাখূ অমদা।
নীংতম্বনা হনজিন হনজিন
কপ লাউরবসু মখোলদু তাদনবা
খোংগৎলি হেক্তমক হৌববা যন্ত্র কয়া
শেনজাও পায়বদুনা।
হৌজিক্তি পূমচোক চোকথবে নীংতম্বা
খোনজেল খোল্লা রাহে অমত্তসু লাউবা ঙমদ্রে
অসিবগুম তাদুনা লৈবে মচী লেঙদনা
শুক্লা মমলবা কাখূদুদা।

## কুরুক্ষেত্র

লানফমদা তারিবা
হকচাংদগী তোখায় তাববা কোকশিংদুনা
মমীৎ তরু তরু পাগুলদুনা
হংনৈ

অমগা অমগা ওনশীন্নদুনা
ঐখোয়বু হৌজিক য়েক্করিব্রা?

## ঈশ্বর

ঈশ্বরসে হৌজিক্তি মমীৎ তাঙলে
পাঙনা পাঙনা
উহৈদবা ময়াম উকুবদগী,
মনাসু তাদ্রে
নৌনস্ব চীরোল ময়াম তাকুবদগী
অদুননি মানা মমীংতগী ওইদুনা লৈবিবা।

## নঙগা শন্নরুবদগী

চাথোকপিখ্রে নঙনা ঐগী তোংশাশিং
থকতোকপিখ্রে ঈখেংবুসু
খৌগংলবা সমুদ্রগুম্না
ঈবিক অমফাওবা খাকলমদনা,
অদুগা ইনথুবীবমলে ঐবু
শক্ব পোল্লাং ওইনা মোফমথক্তা।

উর্মিলা ক্ষেত্রি

## লাকখিগনি নোংমদি শোয়দনা

গুসিগী তাইবংপান
নিললে তাহৈদ্রবা মীকপ মীবাওখোলতনা,
ওইরকলে, মপাল নাইদ্রবা লনগৈ
য়েংহৈদ্রবা অৱা অনা মপৈনা।
চৎকদবা লম্বী পূম্বা ঈ-তগী লম্বী ওইখ্রে,
পাথরকলে তোর্বান্দগীসু লেপ্তনা,
অঙাংবা ঈখেং।
ঈ-তনা গুক য়ৌরবা
ঈ-তৈরবা ইমায়সিনা অতিয়াথক্তা য়েংখৎলুই,
কোয়না থিরুই
কদোমদা পাইশ্রবগে শান্তিগী পাউজেল চেনবা
অতৌবা মচুগী খুনুদুবু।
করিগুম্বা মালেমসিগী চিদাই অমদা
লোৎতুনা থম্লবা তারবদি মাবু
পাইরকখিগনি নোংমদি শোয়দনা
ঐ, নঙ, মা,
ঐখোয় পুন্নমককি নাক্তা।

## উতোংদুগী মৈরী

থেঙলবা অহিংনি,
উনগী নুংশীৎ শীৎলি,

থৎচিন্নী মায়কৈ পুন্না অচীকপনা,
থাপ্পা মৈরী মচা অমত্তংদি
ফেরে ফেরে হাইদুনা শান্নরি,
মৈরীদুগী শেংফাত্তবা মঙালদা
মমি শামি উরি
কনাগুম্বা অমগী মমিগুম্বা অমা।
চঙসিল্লি মৈরীদু তন্না
ওইরমলে,
য়ান্নবা মৈগী চবুন
রাগী উতোংগী মতোন্দা চাকপা।
অকোয়বদা ফন্নী, কৃক কৃক ইন্নবমখৈ
পারবা ইন্নফিনা মকোক থুম
নিংথমগী উনখাক পুবা নুংশীৎপু তেমশীংনদুনা
নুপী ময়াম অমা,
ঙাইরিবগুম ময়ুমদা হনজিনলক্লিবা মচাবু।

## নুপী

সমাজসিদা, ওৎপিরি নৈবিবি মতিক থোকপমখৈ
পুন্সিগী অর্থ খঙহন্দবমখৈ
খোঙনেৎনফম ওইরি, রাংনা খাজিন্নবা চেকপল মনুংদা
লংশিন্দুনা থম্বীরি ঙাঙনা চাকখৎলবা মৈরক্তা
অদুগা
নোকলি, হরাওরি, জগোয় শারি
অকোয়বদা লেপলিবা মখোয়না য়েংনরগা অমগা অমগা
কনাদনো?
নুপীদনি।

মনীং মখা তম্বা ফংহন্দ্রবী
নুপীশিংগী পুন্সি লিশীং লিশীংনা
কপ্লকখিগনি, তোংথারকখিগনি থম্মোয় শোক্লা
মখোল থোক্তনা, শিরাংতনা লুপলবা মায়থোংসু
উরকখিগনি পরেং পবেং।
অদুবু
লমজেল য়াঙনা পাইথোরকপা উচেক্লুম
চর্চকী গেট মনুংদগী
থোরকখিগনি, লাউরকখিগনি
নুপীশিংবু মনীং তমহন্নবগী, ইকায় খুম্নবগী
খোল্লাউ কয়া কয়া
লোইবা নাইদনা।

# লৈকোলসিগী ৱারী

লৈকোলসিদা শাৎলি
মখল কয়া কয়াগী লৈরাংশিং
নুংশিববা থৱায় মরিকশিংদুনা থাজরম্বা।
লাক্লনি মতমগী অকনবা নোংলৈ নুংশীৎ
ঙসি হয়েং খঙদনা।
অদুদগী ওইবনি
ফজরবা লৈকোলসে
অকিবা ফংলবা মোংফম
মীকুপতুদা লোইরগনি
লৈকোলসিগী ৱারীসু।

মোইরাংথেম চনু নোংলৈমা

## খোঙ্গুল

মাঙদ চৎখৎলু
খৌনা ফরবা পাখৌশা
শীঙ্থবস্মু নঙগী ঈরীক
নঙগী খোঙ্গুল খুদিংদা, থনস্মু ঈগী খোঙ্গুল
মাঙফদ্রবা লংলবা, ময়েক শেংলবা নুংথক্তা
হকলস্মু মুৎনাইদ্রবা ময়েকনা তাইবং ময়ীথকসিদা।
নঙগী পননায়দ্র খোঙ্থাংনা
নিলহন্নস্মু মালেম শীনবা থুংনা,
পাঙহন্নবা মমীৎ, মশান মশাবু শকখঙজদ্রবা
লম্বী লম্থাংনরবা কয়াসিবু, ঈগী খোঙ্গুলদুনা
মমলবা মঙাল ওইদুনা
লাকসনু মা মাদুনা,
নুংথক্কী ময়েক্কুনা পাম্বে ওই,
লীরকসনু খোঙ্গুল মঙালদুফাও।

## লংদাইসিদনী

ও! মতম অমথক
নীংশীংউ মতমদো
কাউগমদবা থরায়শিংদুনা
খুৎতুম শীংন অমুক্তংদি
থম্মোয় খুৎতুম শুনা

য়েংউদনা নোংমদি
নীঙমদনা চৎখিবনি থম্মোয় পিরাং ঈহৌনা
মীরোন তরেৎকী মমাঙ।
ঙসিদি মীরোন তরেৎসু হৌখ্রে
হায়খি ঝাগী মতমসু
কাংখোঙ মশীং শুরকলে
য়াওন মতমসু ওইরকলে।
কাউঙমদবা থরায়শিংদুদগী
চেম্বুরকপা ঈচেল অশেংবা, ওইরম্রবা ঙসিসে
মতম ওইরে হে কংলৈচা।
কয়াম কুইনা তুমখুন হুনখিনী
নৎতে নখোয় তুম্বদি
মীকপ ঙম্রা খোক্রবে, নমীৎ থীৎনা উবে
খঙলে মতম য়ৌরে
অদুবু হে পাখৌবা
উনা-উনা, খঙনা-খঙনা, তানা-তানা
ঙম্রমক ঙম্রমক ঙম্রমক।
নখোয়সে লংদাইসিদা,
চিববা মতমসিগীদমক
ঙাইবকলী নখোয়বু য়েংনা
হে পাখৌবসা নোংমদি নীংনা
নোংমা কৌবা নোংদো কৈদনো?
হুমদোকলরে নোংলৈনা, নৈথেকলরে মৈশানা
উফুল তানা খোঙগাওনরকলে।
নোংমদি হায়দুনা খূৎতুম শীংনা চৎখিবা
থম্মোয় পিরাং কংদনা
ঐখোয়গীসু নোংমদিকো,
নোংমা কৌবা নোংদো
অরি অনৌ লংদাইসিনীনে
চিরবা মতম লাংদাইসে।

রাইখোম চনু ইবেয়াইমা

## মমি

নুপা!
নাতোন চাউরী কবিগী?
উরগা
নুপীগী অওনবা শক্তম
মসিদি নহাক্কী নমিনী।

## মীতৈ নুপী

ইতা লাইফদিবীগা
শান্নমীন্নখিবা চাকথোংবী
শান্নরি ঙসিসু চফু-উয়ানগা।
ইশ্বা-ইনাউগী
পোৎথাজফম ওইখিবা নংগনসে
ওইরি ঙসিসু ওইনজফম
পিক্রিবা ইচা-ইশুগী।
তারি ঙসিসু,
নুপীমচাদি অদুম তৌবা হৌনদে
নুপী নঙগী নখৌ নৎতে।
অদুবু
চরাম চন্দৎনরবী, পিরাং পিরোইনরবী
মীতৈ লৈমগী পিরাং তৈথোক্লবগীদমক্তি
চোংশিনখি খৌনাফবী কয়া

খুৎতা তেম পায়, নোংমৈ সঙ্গীনলক্তা।
খাঙলী ঙসিসু অহীং মীৎশেল
খুৎতা মৈরা পায়, নোংমৈ চীনদোনলক্তা
অখাঙ কনবী মীতে নুপী।

## পম্বুং

খেন্নবা মীৎয়েংগী লমজেলদা
তোকঙানা মাঙজীন থারী,
লমজেল চেনবশিংদুগী।
হুমাং মনম কোকননবা
হৈজিন্নী ঈ, ঈশিং
থৌনানা চীঙ্খাং য়ৈবী
য়ৌবে পম্বুং
মীহাৎপুং।

## পল

লায়রবগী ঈশিং ঈচাউ থিংননবা
বাংখৎলক্নী লেপ্পা লৈতনা
অৱাংবা দলানগী মতোনশিং।
লৈরক খোংবাল সহরগী নালা
অহাঙবা লম্পাক অৱাংবা চীংমায়
চেকশীন্না লূনা থমনবা
পৈশানা মহুম শাখরে।
লায়র লমদম মণিপুর।
লায়রবগী মফম লৈররোই
লূপানা পল খাখরে।

নুংশিতোম্বী অথোকপম

# ইমাগী ঈবু য়াওবরা

অদুগে ইমানা – "ইমাগী ঈবু য়াওবরা?
ইমাবু কন্নো লাও
ইমাদি খাং য়ৌরেনে"।
বাবা পামজদবদগী
তুন্নবা নোংশা মচাশিং
মীকপ থোক্রকই, কোয়না য়েংলকই,
অমগা অমগা মুন্ন য়েংনৈ মখোয় মশেল
মমীংত্তি নুমথরকই তুমদুনতা লৈরকপগী,
মমানি কপখিবদু খঙবনি খোঞ্জেলদু, অদুবু
মাগী মাগী লৈফমশিংদু তুমফমদমক ঙায়নবন্নে
অমগী মথংদা অমা কুক কুক ঈন্নরন্নে
তুমফমগী ঈন্নবদা তেংথাখোলদু কাউনখি তাদবগুমখি
অদুগা তুমথনখি অমুকসু।
ঙসিদি ইমানা – "ইমাগী ঈবু য়াওবরা?
ইমাবু কন্নো লাও
ইমাদি ঙক য়ৌবেনে"
তুমথরুবদু, অমুক কোয়না য়েংনরকই।
অমগা অমগা ওনশীন্নদুনা খোংনরকই।
নুংশা ম্বরগী নুংশীৎ থিনরকই, মুন্নরকই
হায়নরকই, কপখিবদো ঐখোয়গী ইমানি।
লৌতান্নরকই নোংশা মচাশিং
ঈন্নরকই অমনা অমদা মমাবু থিনবা

অদুবু মুম্ভরকই মশাদু মম্ভনা ভম্বগুম,
তুমফমদু চিনশিন্নকপনা মশাদু চপশীন্নকই
মদুগী খোৎনরকই চীক্ররকই ঙায়হাক্ত
অদুবু তুমথখি অমূকসু মমীৎ উইশিন্দুনা।
হয়েংদি ইমানা – "ইমাগী ঈদি য়াওদ্রবোই
ইমাদি লব্রাই য়ৌরেদো
ইমাদি পুমলোই লোইরেদো"।
খঙপ্রেক খঙনা চোংখৎনরকই
তুন্নম্বা নোংশা মচাশিং, কুইরবগী তুংদা,
মমীৎ ঈ কানরকই, ঙরং ঙরং ঙংনরকই
খুজিন খুয়া ফেংলকই, অপুনবা খোন্নাউ লাউরকই
মমাবু কন্নবা থৌরাংলকই
অদুবু,
পুমকং কংলম্বদু উবক্রে
মশা মশাগী শদোং, মখোযগী লৈফম
লৈথক লৈখা লৈকোয়নুং
নুংশাম্বর হোনবা বারকই থৌনাও চরম কংলকই
কৎখিবনা মমীৎশিংদু পাঙব য়ারক্তে
তুম্ফমশিংদু পীকশিন্নক্তুনা চপথায়রকই মশাশিংদু
ঈ তারকই পুমতোই তোইখি।

## কবিতা

লৈবাক নীংবৈ শৈরেং ইনবা
মখুৎতা পায়খৎলি কবিনা খোর্জ্জে,
শাগৎলি কন্ননা মরৈবাক্কী শক্তম।
থেৎ-থেৎ, বাঙ-বাঙ

দাং-দাং, দঙ-দঙ, দুঙ
কবি কোকচাউবী কাখরে,
লরাই শন্থু য়ুংখরে।
লাউনরকই, কোকচাবীনি, পাকখৌ পাকখৌ
লাঙনরকই মী, কপখৎনরকই অঙাং
মমীৎ উর্থশিনখি বিজলি থাউমৈ।
তাখি খোর্জে কবিগী খুৎতগী
শাগৎলম্বা কল্পনা
সনাগুম লুপাগুম ময়েক লারম্বা
মাঙখি গুমনা তিনখি অমম্বদা।
হোৎনৈ কয়ারক খোমজিন্নবা
চাইথ্রবা কল্পনা
অদুবু ঙমদ্রে শক্তমদুদি লাকসিনবা অমম্বদুদা
লৈতাদ্রবা কবি মখুৎনা মাদুনা থিবা হৌরকই, শৈরেংগী মচল
অদুবু থেংনরকই,
ঈগী মনম নম্রবা
চোৎ চোৎ লাউরবা খুৎ অমসু
অমদুতা নত্তে, থেংনরকই মথং মথং
খুৎ ময়াম অমা, ময়াম অমা
মা মাদুনা অমম্বদুদা।

বিনিতা কোইজম

## মীৎয়েং

থাদোকপা তাই অপাম্বা কয়া
নমশীন্দুনা থম্বা তাই নীংজবা কয়া,
চীন পাল্লবসু ওইবা তাই লোম্লোক্তবী
খাওবা তাই ফোঙদোক্লনা,
পেনবা তাই উহল্লিবা খরদুতনা
পেনবী হৈবীনী হায়বীনবা,
খাওবা তাই তমথিবা মীওৎ মীনৈ মপুরোইবগী
সতি মিংথোল ফংজনবা,
থম্বা তাই থম্মোয়নুংদা লোৎশিন্দুনা
অরাবা নুংঙাইতবা খুদোংথিবা পুন্নমক,
নোকহনবা তাই নমদুনা চীনবালদা মোমোন
পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ লাক্লিফাও,
ঐবু অখাওকনবীনি হায়বীনবা
লমচৎ ফজবীনি শোনবীনবা।

## ইতিহাসতা

কেনখ্রে পোমশাৎনবী কয়া লৈখোক্তগী
মাঙখ্রে মণি কয়া মমাগী ফিজিদগী,
অদুবু শাহিংচাবশিংগী খূবামনুংদগী,
নাম্লোকপা লৈত্রি ঙসিসু
লমদমসিগী রায়েল চুপ্লীদি।

## শায়ামলক্তা ঐগী পুন্সি

থৌজাল হৈবনি খনজদুনা
লেপ্লুই মখোয়গী মরক্তা ঐনা
অদুবু য়োমশিল্লকই মায়কৈ খুদিংদগী
শুংল শুংলদুনা অকিবা খোনজেলদা
উৎলদুনা তমথীবা শক্লোন
ফকখি শদুম মচেৎ মচেৎ ঐগী হকচাংদগী।

চীক্লবী ওনশীল্লদুনা মখোয় মশেল
মুন্নবদা ফকখিবা শদুম মচেৎশিং।

হাপলুই হীদাক অশোকপা মফমদা
ও। কয়াদা তায়োল্লখ্রবা
লোয়না চাথৎলকলে
তুমশিল্লকলে তপ্লা তপ্লা
ঐগী হকচাং কয়াৎ পূম্বা।

## তৈশীল্লিবা মচু

করি করিগুম্বা নুমিত্তা
অচুম্বদৌনা তৌবা পোৎশক
উগে উগে তৌখি নঙোন্দা
অদুবু হেক্তা খনজিনখি
করিনো খণ্ডদবনা পোৎশক্লা।

হে নুপী! হায়য়ু
করিগীনো নঙগী পুন্সিবু
ঈশ্বরনা শেম্বা লোইরক্তবগুন্না
তাইবংগী পুন্সি অসিদা
অমুক হন্না শেমদুনা
তৈশীন্নিবা মচু কয়া।

মচু অমনা ওইহন্নি
নঙবু ইকায়থিবী,
মচু কয়ানো তৈশিন্নীবা হন্না হন্না
মদুনা ওইহল্লে নঙবু নমদুনা
মীপাল তাংবী, মীখা থাবী।

হে নুপী! হায়য়ু
নঙদি অচুম্বদু ঙাঙবা য়াদবরনে
নঙদি অশেংবদু ফংবা য়াদবরনে
নঙদি হিংবা য়াদবরনে
সুপ্পদংগী মচু শঙলবা
শেমদোক-শাদোক্রবা পুন্সিসি নত্তনা।

# অচুম্বা

খঙদে শুকখঙ খঙদে
উখিদে শুকউ উখিদে
তাখিদে শুকতা তাখিদে
করিবুনো খঙগদৌবিবা
করিবুনো তাগদৌরিবা।

লোৎশীনখ্রে মীনম্বা ময়াম্না
থৈদোকপীখ্রে মচী অমদা লোম্না
কৃপশিনখ্রে অরানবনা শুন্না
মমি শামখ্রে নোংম-নোংমগী
অয়ুক্কী নোংহৌগুম অপাইবা ওইখ্রে।
অদুবু লৈবম্বদি য়াই
মচী অমদদি শোয়দনা
থমজিল্লমগনি মাঙদনবা চেৎনা
কনাগুম্বা থাজবা য়াবা শক্তম অমনদি।

# পামজদে মহিংসিদি

মালেমসে ঐ ঐ কয়াগী তৃংনফমনি
অদুবু ঐতদি কিজৈ, ঐ কিজৈ
খোজেল, খোল্লাউ তমথীবা কয়া

মীওৎ-মীনে, তমথীবা শাজৎকী পাউনিলখোল কয়া
কিজৈ তশেংনা কিজৈ।

শা-ঙাতনা থল্লবা মিনুংশি য়াওনদ্রবা
তোপ-তোপ্লবা মালেম অসিবু
থাদোকপা পাম্মী
হিংবগী থাজবা, নুংশিবা মরী
কদায়দনো লৈরিবা
হিংনিংই অকিবা য়াওদনা
চৎনিংই অথিংবা লৈতনা
নীংতম্না হিংজবা ঙস্বা লম্বীদা।

## লৈরাংগী অরাবা

লৈখোক্তগী কেনখ্রবী, লৈরাংগী লৈনাবু
কনানা শৈথাবীবগে?
কনানা মিনুংশি পোকপীবগে?
অখাবা মীৎয়েং মরক্তা
লৈনানা বানা থাঙজবতনি, মশরুকনি।

লৈরাংগী লৈনমতনা হাববা
ফগায়না শাৎপী নীংথিবী আতরগুলাগুনি
শৈথানবিবা অশৈবশিংনা
নত্তে কেনখ্রবী আতরগুলাপ লৈনা
কেল্লবদি কেনজখ্রসন্ অসুমমক লৈমায়দা
অদুবু, মদুসু নত্তে
করিগী লৈখোক্কী তিংখঙদা অমুক পল্লিবা
করম্বা থৌশীলনো মহৌশা মাগী।

# ককচেং

চৎলি ককচেং মরী মরী
শারি মকোন তুম্পক তুম্পক।
ককচেংগী তাইবং ককচেংগী সংসার
পুল্লপ পুল্লপ,
য়েংবা নুংঙাই,
লিংজেল মান্নে,
অদুবু তমথীবা খোঙপাক অমনা
অতন্ননা নৈহৎপীববা
ককচেং অশিবা অমদি
তাদুনা লৈ কবিসু ওইদনা
লাকই ককচেং অমা, অদুদগী চৎখি
ঙাইহাক্তং লৈবগা লাকই
ককচেং ময়াম মবী মবী
ককচেং অশিবদু পুবদুনা লম্বীদা
চৎলি তমথীবা মীহাৎপু নিন্দা তৌদুনা,
লাউবি স্লোগান খোঞ্জেলদি থোক্তনা
না তাথীববশিংবু তাহনবা ঙমদনা
চৎলি নীংতম্না প্রোসেসনদি লেপ্তুনা।

সনাজাওবী থৌনাওজম

# কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা

কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা
সদাসিব অমদি দুর্গা ৱারী শারি চীক্লা
পৃথিবীগী মরমদা,
হায়রকই সদাসিবনা –
হে প্রিয়ে ২০ শুবা শতাব্দী লোইশিন্নক্রবনি হৌজিক
উরবরা মর্ত্তলোক অসিদা নুপীগী মপাঙ্গল কনখৎলক্রবনি।
হৌজিক্তি অচুম্বা, অরানবা, নীংতম্বা করিনো
খণ্ডলবনি লোইনা মখোয়সু
থায়নগী নখোয় ঐখোয়গী মতম অদু নৎত্রে।
দুর্গানা মোমোন নোক্লা খুমজবকই,
অচুম্বনি প্রভু মতম অসি য়াম্না অওনবা অমা লাক্রে।
লাইরিক লাইশু হৈববী অচুম অবান মশক খণ্ডলবী
থোরকলে কয়া মর্ত্তলোক অসিদা।
মতম অমদদি প্রভু
সমাজদা নুপীগী পুন্সি অৱাবগী মশক্তি।
চীনবানথোংদা থাগৎশিন্না, অৱাংবদা থাংগৎশিন্না
খুয়াখাদা নমশীনবনি।
যুগ কয়াদগী মখোয়গী পাঙ্গল লৌশিং পুন্নমক
সমাজনা, শাস্ত্রনা, বেদনা নমশীনবিদুনা লাকপনি।
চুমই দুর্গে, থায়না পাঙ্গল কনবশিংনা
নমহৎতুনা মখোয়বু থন্নবগী লৌ
খণ্ডবা হৌরকলে মখোয়।

মনু, বালমীকি অমদি বেদ ব্যাসনা
অদুগা খণ্ড হৈরবা পণ্ডিত কয়ানা
নণ্ড ঐশী ম্যিং শীজিন্নদুনা
অমদি শাস্ত্রশী নিয়ম কয়া শেমদুনা
থাখল পীকখহনবনি, নমথবা য়ানবা।
অদুবু, য়াদ্রে মতম অসিদদি,
কান্নদ্রে হৌজিক্তি মরা লৌবীদ্রে
সীতা, সাবিত্রী, দময়ন্তীনচিংবী কয়াগী,
মনু সংহিতানা অন্ডাংগী অমাংবা য়োন্নখ্রে।
হে দুর্গে মর্ত্ত লোকতা কনখৎলক্রবনি
নুপীগী মপাঙ্গল
ওইদ নমথাক মীনম পাওতাক লৌদ্রবনি খহুবা ঙম্বশিংনা।
দুর্গানা হায়রকই,
প্রভু অসুক য়ান্না
ওল্লকলবসু মখোয়না ফংদ্রি তশেংনা
নীংতম্বা হায়বদু
খুরৌ অমদি অদুমক থাংলিনে প্রভু।
সিবনা খুমলকই
দেবী থারুনিংঙাই লৈতে,
মশানা চপ চানা নীংতম্বা অদু লৌজগদবনি।
অতোপ্পনা পীবীবা ঙায়ফম থোক্তে।

## অমুক্তদি লাল্লমগে খনবনি

অমুক্তদদি লানথোককে খনবনি ঈপাকসে।
ঈপাকসিদা হেক খোঙদারকউদগী
হোংনবসু লেপলকত্রি।

থেংনরুই, ঐগুম্বা কয়া কয়াসু
মখোয়সু হোৎনরম্বী ঐগুম্না ঈরাম্রবা।
ঈয়ায়ফাও য়ৌরমদনা লূপথখি কয়া অমসু।
থাজ নোংইন কুম্মসু য়েংলুই ঙক থাঙৎতুনা
ঋতুগী নুংঙোনবা মতৌ কয়াসু য়েংলূদবা ঙমদে।
হোৎনরিবনি, তোর্ব্বান অমদি য়ৌনবা
অদুবু,
তোর্ব্বান অমত্তসু উবদি ফংদে
মায়কৈ খুদিং ঈপাক্কী ঈপাক ঙাক্তা।

## লমজেল

চাওখৎপগী লমজেল তাম্রে
চাওখৎপা পাম্বা খুদিংমক য়াওবা য়াই
মিটর চামগী লমজেলনি।
গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্কী অচান মীরাই নাইদে
মীদগী শা-ঙা ফাওবা
পূম্নমক য়াওবা য়াই লমজেলদা,
খরনা মাইক্রোফোন পায়রগা চেল্লি,
খরনা খুৎলাই পায়রগা চেল্লি,
খরনা পৈশা চবুন চবুন কোন্দুনা চেল্লি,
ওনসিন ওনসিন্দুনা চীক্করকপসু য়াওই,
মানা মানা থোকপা হৈনবী অমা তৌদুনা
পংচেন্দা চেম্রে,
খরা অমদি লাইশংগী মূর্ত্তি কোন্দুনা
চেম্ররকপসু য়াওই।
চাওখৎপগী অর্থ চপ মান্নরনা
হান্নমগদরা মখোয় পূম্নমক্কী থম্মোয়দা
খন্না খন্না ঐসু চেল্লি লমজেল।

তোম্বীতোন কাব্রবম

# খোম্থাং

লৈকৃ লৈরাইগী
কৌজেং হারৌ
লম্বী লমজাওগী
খৌদু নুং
ঐখোয়দি নংতে
মীয়াংকী লমবেলদা
অঙাংবা গুলাপকী চরোংস্।

শারবা কালেনগী মৈশাদা
মোমোনতং নোকচবী
লৈপাকলৈনি মীরোল কয়াগী।

অমম্বা অহিংশিনা
অসুম অসুম মমশিল্লক্লগা
হেন্না হেন্না লংলক্কদবা
চাকলিবা লম্মৈনি
লেঙদবা চীংমায়দা।

থাঙবা কনবতনা
তরা চাকলেন তন্নগা
মিংচৎকী ফীরাল পায়দুনা
মখৌ পোঙনা শৈশক্লবী
খৌনা ফবী, লিংজেল থাবী
খাংচেৎ পরেনবীশিংগী খোম্থাংনি।

## তন্দন মপী

সহ্‌র শীনবথুংনা
থাশি চাম্মগী অহিংনা
লৈরোন নাইনা ননশিন্নরুবদা
তুমীন্না লৈথোকপা ঙমজদে
তন্দন মপীশিং।

লৈজবী থৌনা পুথোকচদুনা
কোইপাই পাইজে
সহ্‌র শীনবথুংনা
তগুপ তগুপ্না।

চেপথ চেপথ য়েংজে
লম্মুরুবা মচাশিং উববা।

অমম অথেঙ হৈনজবা
সহ্‌রগী খোঙজাওশিং
চংলি চবিং চবিং
চোং চোং লাউবা
সহ্‌রগী অমম্বা লম্বীদা।

# য়াওরিবা শৈরেং ইবীশিং

১। *খোইবী দেবী (১৯২০ - )* : ৱাহেংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মশক নাইরবী অইবীনি। লানজাও মতুংদা থোরকপা মণিপুরী নুপী অইবীশিংগী মাঙজিন থানা কলম পায়রকখিবীনি। মহাকবি ফোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ ১। কায়ন-ঈহৌ (১৯৫৭, চন্দ্রসেখরগী "উদভ্রান্ত-প্রেম" দগী ৱাখল মওং লৌদুনা ইবা), ২। মিরাবাই (১৯৫৯, অশম্বা পুন্সি ৱারী) ৩। বিক্রমোর্ব্বশী (১৯৬৩, কালিদাসকী মমীং অসিমক্কী নাটকতগী ৱারী ওইনা ইথোকপা), ৪। রবীন্দ্রনাথকী ৱারী খরা (১৯৬৭, ডাঃ আই আব বাবুগা লোয়নননা হন্দোকমিন্নবা), ৫। দৃষ্টিপাট (১৯৬৯, বাংলাগী যজাবরগী মমীং অসিমক্কী লাইরিক্কী অনুবাদ)। অইবী মশাগী লাইরিক্রাঃ ১। রাধা (১৯৬৫, উপন্যাস), ২। নুংশি ঈচেল (১৯৬৭, উপন্যাস), ৩। চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ (১৯৭১, উপন্যাস), ৪। লমজা (১৯৭৯, উপন্যাস), ৫। মীৎয়েং (১৯৮৩, ৱারেং), ৬। পোষ্ট মোর্টেম (১৯৯০, ৱারীমচা)। অইবী অসি 'দৃষ্টিপাট' অনুবাদকীদমক ১৯৮৯ ইংদা নেসনেল সাহিত্য একাদমী এৱার্ড, অদুগা 'পোষ্ট মোর্টেম' ৱারীমচাগীদমক ১৯৯২ ইংদা ষ্টেট কলা একাদমী মনা ফংলবীনি।

২। *প্রমোদিনী (১৯২৮ - )* : কাকৈথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। লাইরিক মশীং খ্বাইদগী য়াম্রা ফোঙলবী (নুপী অইবীশিংগী মরক্তা) মাঙজিন থাবী অইবী অমনি। থোইদোক্না লিলা অমদি লমকোয় ৱাবীদা শীংথাবা য়ারবীনি। অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ ১। কবি-তর্পন (১৯৫৫, অখোম্বা শৈরেং), ২। নুজা ফিদম (১৯৫৭, অখোম্বা ৱারী), ৩। পুন্সি মৈবা (১৯৫৮, এম কে বিনোদিনীগা লোয়নননা ইমিন্নবা ৱারীমচা), ৪। লৈমবোল (১৯৫৮, অখোম্বা ৱারী), ৫। খোর্জেংগী মঙলান (১৯৮৩, শৈরেং), ৬। পলেম লৈপাক লৈমা (১৯৮৪, ৱাবীমচা), ৭। লাংলেন থাদোই (১৯৮৪, মমি কুমহৈ লিলা), ৮। লোইজিং লোইয়া শৈরেংলৈ (১৯৮৪, শৈরেং), ৯। থিঙেল লাইজ ঈবাওখোল (১৯৮৪, শৈরেং), ১০। ইমা খুন্নাকপীগী নোংগাং হৈদো (১৯৯০, ৱারীমচা, লিলামচা), ১১। মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো (১৯৯০, লিলা), ১২। অবোক্কী মঙলান (১৯৯০, লিলা), ১৩। হাউইকো হৈখা হাউইকো হৈয়েন (১৯৯০, লিলা), ১৪। মহালক্ষ্মীগী খুৎপায়শেল

(১৯৯০, লিলা), ১৫। কবোক ওইথ্রবী কবোকলৈ (১৯৯০, লিলা), ১৬। নুরা য়াইথিং কোন্ (১৯৯০, থায়নগী কংলৈরোনগী ৱারী), ১৭। হেলোই হেলোই মীহেন্রোই (১৯৯০, শৈরেং ৱারেং শিংজ্), ১৮। ইক্রিসাটকী কুলী নূপী (১৯৯১, লমকোয় ৱারী), ১৯। খুমন খম্বা (১৯৯২, থায়নগী কংলৈরোনগী ৱারী), ২০। তোর্বুংগী তেরা পান্বীদা শাৎপা মৈবুল (১৯৯৩, ৱারী মখল মথেল)।

*৩। য়াহেংবম কোলামেমা (১৯৪৭ - )* : য়াহেংবম লৈকাইদা পোকই। অহৈবম লৈকাই, খোংনাং ফৈদেকপী, ইম্ফালদা ওংই। মহিলা কাল্যান সমিতিগী মরুওইবা মেম্বরনি। এ. আই. আর ইম্ফালগী সাহিত্যগী থৌরমদা শৈরেং কয়া খুদোল তৌথ্রবীনি। করেন্নবা মওংগী শৈরেংদা নম্র খুৎ থাই। অইবী অসি কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা লৈবা ঙসি রাষ্ট্রলিপি হায়স্কুলদা ওজা ওইবীরি।

*৪। এস. ভানুমতী (১৯৪৮ - )* : শগোলবন্দ শয়াং পুখ্রী মপান, ইম্ফালদা পোকই। খ্বাগেমপলি ঙানপ্পী থোং, ইম্ফালদা ওঙই। শকনাইরবী অশৈবীনি। শৈবেংগী লাইরিক অনী ফোঙদোকপিখ্রে। ১। খোঞ্জেল'শীবু নঙগীরা (১৯৮২), ২। কন্নবা ঈরৈ'মদ অসুম অসুম (১৯৯১)।

*৫। ঐচ. বেনুবালা (১৯৫১ - )* : সিংজমৈ মখা নাঁমৈরাকপম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শৈরেং অমদি ৱারীমচা অনীমক্তা খোয়দানা খুৎ থাবকলিবী অইবীনি। ইরিগেসন অমসুং ফ্লদ কনতোল লোয়শঙদা থবক তৌবি।

*৬। সৌগাইজম লৈত্তাকলেম্বী (১৯৫২ - )* : মোইরাংখোম সৌগাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শৈরেং, ৱারীমচা অমসুং বেডিও লিলা ইবীনি। অইবীগী লিলাশিংগী মরক্তা 'ইমাগী তম্পাক্তা লোৎলবো' মমীং লৈখিবা লিলনি। 'লাইথি লুবাক' কৌবা লিলা লাইরিক অমা অথুবা মতমদা ফোঙদোক্রগনি।

*৭। খুইরাকপম আনন্দিনী (১৯৫২ - )* : উরিপোক শোরবোন থিঙেলদা পোকই। খুরায় শোইবম লৈকাই, অয়াং পল্লি, ইম্ফালদা ওংই। নূপী শৈরেং ইবীশিংগী মাঙজিন থারকপী অশৈবীনি। শৈরেংগী লাইরিক অহুম ফোঙথ্রে। ১। শজিবু 'লৈরাং (১৯৬৭), ২। মহৌশাগী নুংশি মপাউ (১৯৭৫, লাইরিক অসিদা 'ইন্টরনেসনেল য়ুমেন্স ইয়র এবার্ড' রাজ্যগী ওইনা শোক ১৯৭৬ তা ফংই।), ৩। কুমসি কুমদি কুমকাংলে (১৯৮৬)।

*৮। মেমচৌবী (১৯৫৫ - ) :* কাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকাইদা পোকই। শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফালদা ওংই। নূপী অইবীশিংগী মরক্তা শীংথাবা য়াববী অশৈবীনি। বারীমচা অমদি সাহিত্যগী নৈনবা বারেং অনীসিদসু খূৎ থাই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ ১। নোংগৌবী (১৯৮৪, শৈরেং), ২। অন্দ্রোগী মৈ (১৯৯০, শৈরেং), ৩। লৈতেং (১৯৯২, বারীমচা), ৪। সন্দ্রেম্বী চাইরা (১৯৯৩, শৈরেং)।

*৯। ভাক্তোম একাশিনি (১৯৫৭ - ) :* ললাম্বুং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুর ইউনিভর্সিতিগী মণিপুরী বিভাগতা রিসর্স তৌরি। শৈরেং অমদি নৈনবা বারেং অনীমক্তা খূৎ থারকলিবীনি।

*১০। মোইরাংথেম বরকন্যা (১৯৫৮ - ) :* কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদা পোকই। শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুবায়জম লৈকাই, ইম্ফালদা ওংই। শীংথাবা য়াববী অশৈবীনি। উপন্যাসকী লমদসু খূৎ থাই। হৌজিকফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংদিঃ ১। শিঙ্গারে লৈকাদা (১৯৮৩, উপন্যাস), ২। লোইনাইদ্রবা থবায়গী ঈশৈ (১৯৮৮, শৈরেং), ৩। উতোল অমদি উচেকশিং (১৯৯১, শৈরেং)।

*১১। ইবেমহল (১৯৫৯ - ) :* জোনষ্টোন হায়র সেকেণ্ডবি স্কুল কেম্পষ্টতা পোকই। হৌজিক্কা নাগমপাল সোরাম লৈবক্তা লৈবি। হিন্দী সাহিত্যদা পি ঐচ ডি লোইরবীনি। শৈরেং, বারীমচা অমদি হন্দোকপগী লমশিংদা খূৎ থাই। লৈরোন চনগ্রবা থাজবা (১৯৯৩) কৌবা শৈরেং লাইবিক অমা পুথোকখ্রে।

*১২। কেত্রিময়ুম সুবদনি (১৯৫৯ - ) :* কাকৈথেল অখাম লৈকাইদা পোকই। কাকৈথেল ভানপ্পী থোং মনাক্তা ওংই। এম এ এল এল বিনি। শৈরেং অমসুং বারীমচা অনীমক্তা খূৎ থাই। ফোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ ১।মাঙগ্রবা ঈশৈগী সূর (১৯৭৫, শৈবেং), ২। নহাকপু ঐগী কনানো (১৯৮২, বারীমচা), ৩। নুঙগী চীনবাল (১৯৮৭, বারীমচা)।

*১৩। চন্দ্রকালা তোংব্রম (১৯৫৯ - ) :* থাঙ্গ তোংব্রম লৈকাই, থাঙ্গদা পোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা এম. এ নি। শৈরেং, বারীমচা অমদি নোভেল অহুম্মক্তা খূৎ থারিবী অইবীনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংদিঃ ১। পীরগে বীদায় (১৯৮২, শৈরেং), ২। তিলোতমা অমসুং বৃন্দা সতি (১৯৮৪, বারীমচা), ৩। হাওবা কোনু (১৯৮৫), ৪। ঈরেনুংদা পুন্সি ঈচেল (১৯৯২, উপন্যাস)।

১৪। *নন্দা (১৯৫৯ - )* : সিংজমৈ মথক চোংথাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। ৱারীমচা অমদি শৈরেং অনীমক্তা পামজনা খূৎ থারকলিবীনি। ঈশে ময়েকসু ই। বি. এ. এল. এল. বি. লোইদুনা প্রাক্টিস তৌরি।

১৫। *কোইজম শান্তিবালা (১৯৬০ - )* : খুরায় থৌদাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা পি. এচ ডি. লোইরবীনি। রেডিও লিলা অমসুং ফম্বাক লিলা অনীমক্তা মশক নাইরবী কলাকারনি। সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেং অমদি শৈরেং অনীমক্তা খূৎ থারিবী অইবীনি।

১৬। *খুমোংময়ুম বীমাবতী (১৯৬০ - )* : উরিপোক হাওবম দেৱান লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। ৱারীমচা ইবীনি, শৈবেংদসু খূৎ থাই। সাহিত্যগী চেফোঙ অমদি লাইরিকশিংদা শৈরেং চোইনা চোইনা ফোঙথ্রে। 'খোঙচৎ' কৌবা ৱারীমচাগী পুনশীনবা লাইরিক অমা শোক ১৯৯২ দা পুথোকখ্রে। মণিপুব ইউনিভর্সিটিগী মণিপুরী বিভাগতা রিসর্স তৌরি।

১৭। *কুঞ্জরানী লোংজম চনু (১৯৬১ - )* : কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা এম. এ নি। শৈরেং লেপতনা ইবকলিবীনি। 'নোংমাইজিংগী চীংদোম্দা' (১৯৯১) কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকখ্রবী অশৈবীনি। হৌজিক শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙদোক্লবা হোৎনরি।

১৮। *কৈশাম রানী (১৯৬১ - )* : কৈশামথোং তোপ লৈরক্তা পোকই। ক্বাকৈথেল বাজার রেষ্ট, ইম্ফালদা ওংই। মণিপুবী সাহিত্যদা এম ফীল নি। ৱারীমচা অমদি শৈরেং অনীমক ই। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা চোইনা চোইনা ফোঙথ্রে। রেডিও লিলা অমসুং ফম্বাক লিলা অনীমক্তা মশক নাইরবী কলাকারনি।

১৯। *রাইখোম হেমোলতা (১৯৬০ - )* : থোংজু কৈজালৈতোঙ, ইম্ফালদা পোকই। এ. আই আর ইম্ফালগী ঈশৈ শৈবেংবীনি। শৈরেং অমদি উপন্যাস অনীমক ই। 'নুংশি লাইনীংবী' (১৯৮৭) কৌবা উপন্যাস অমা পুথোকখ্রে।

২০। *মঙাললৈমা হিজম (১৯৬১ - )* : খুরায় কোংপাল কোংখাম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবীনি। শৈরেং ইবগী লমদা চঙশিন্নকলিবীনি।

২১। *নন্দেশ্বরী হিজম (১৯৬২ - )* : খুরায় কোংপাল কোংখাম লৈকাই,

ইম্ফালদা পোকই। মতমগী ঈশৈ শৈশকপীনি। মণিপুরী সাহিত্যদা এম. এ. লোইরে। শৈরেং পামজনা ইরকলিবীনি।

২২। *খোকচোম নিমা (১৯৬৩ - )* : কছার শ্রীবার, অসামদা পোকই, গুৱাহাটী ইউনিভর্সিটিগী গ্রেজুয়েট অমনি। মতমগী শৈরেংদা খুৎলোয়না খুৎ থারকলিবী অইবীনি। শৈরেং লাইরিক অমা পুথোক্লবা হোৎনরি।

২৩। *সাপম বিজয়া (১৯৬৩ - )* : খুয়াথোং পোলেম লৈকায়, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুরি ইউনিভর্সিটিগী মণিপুরী বিভাগতা রিসর্স তৌরি। শৈরেং অমদি নৈনবা ৱারেং অনীমক্তা খুৎ থারকলিবীনি।

২৪। *ময়েংবম হেমাবতি (১৯৬৩ - )* : কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। বি এ এল এল. বি লোইবে। ঈশৈ ময়েক অমদি শৈরেং থবায় য়াওনা ইবকলিবীনি।

২৫। *খাইদেম নন্দনবালা (১৯৬৩ - )* : চীংঙামথক মনিপুব কোলেজ রোড, ইম্ফালদা পোকই। এ আই আব ইম্ফালগী ঈশৈ ময়েক ইবীনি। ঈশৈ ময়েককি খোমজিনবা 'ঈশৈ পবেং' (১৯৯২) কৌবা লাইবিক অমা পুথোকখ্রে। শৈবেং অমসুং ৱারীমচা অনীমক্তা খুৎ থারকলিবীনি।

২৬। *ঙাইথেম গুবীলৈমা (১৯৬৩ - )* : নিংথেম লৈকাই, জিরিবাম (মণিপুর) দা পোকই। জিরি অমদি কছারগী সাহিত্যগী সংস্থানশিংগা মরী লৈনৈ। 'ৱাখলগী ঈথক' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা শোক ১৯৮৭ তা পুথোকখ্রে। নিংথেম্বম জে বি স্কুলদা ওজা ওইরি।

২৭। *সুস্মিলা অসেম (১৯৬৪ - )* : সিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। বি এ এল এল বিনি, প্রাক্টিষ্ট তৌবি। ঈশৈ, শৈবেং অমদি ৱারীমচা অহম্মক্তা খুৎ থাই। এ আই আব, ইম্ফালগী শৈরেংবীনি।

২৮। *অনুবাধা ব্রহ্মচারি (১৯৬৪ - )* : নাগামপাল শোরাম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। ঈশৈ অমসুং শৈরেং ইবীনি। এ আই আব, ইম্ফালদা শৈরেং কয়া পাথোকখ্রে। মশাগী ময়েক্তা ওডিও কেসেৎ অমসু পুথোকখ্রে।

২৯। *খোকচোম জাহ্নো (১৯৬৪)* : কোংবা চনম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শৈরেং ইবগী লমদা চঙশিল্লকলিবীনি। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা শৈরেং চোইনা

চোইনা ফোঙশ্রে।

৩০। *উর্মিলা ক্ষেত্রি (১৯৬৫ - )* : চীংঙামখা ক্ষেত্রি লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শৈরেং অমদি রারীমচা অনীমক্তা পামজনা খূৎ থারকলিবীনি। হৈরাঙোইথোং গার্লস হায়স্কুলদা ওজা ওইরি।

৩১। *মোইরাংথেম চনু নোংলৈমা (১৯৬৫ - )* : তাকয়েল কোলোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কংলৈখোল চেফোঙগী এসোসিয়েট ইদিটরনি। চেফোঙ কয়াদা শৈরেং ফোঙশ্রে।

৩২। *রাইখোম চনু ইবেয়াইমা (১৯৬৬ - )* : সিংজমৈ মখা রাইখোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। এম এ হিন্দী লোইরবীনি। অপীকপা শৈরেংদা পামজনা খূৎ থারকলিবীনি। হিন্দী সাহিত্যদা মখাতানা থিজিনবগী থবক চৎথরি।

৩৩। *নুংশিতোম্বী অথোকপম (১৯৬৬ - )* : রাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপান, ইম্ফালদা পোকই। এম এ এল এল বিনি। মতমগী শৈরেংদা খূৎ থারকলিবীনি। রারীমচা ইবগী হৈনবীস্ লৈ।

৩৪। *বিনিতা কোইজম (১৯৬৭ - )* : সিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা শৈরেং চোইনা চোইনা ফোঙদোক্লনা শৈবেং ইবগী লমদা চঙশিল্লকলিবীনি। মণিপুরী সাহিত্যদা এম এ. লোইরবীনি।

৩৫। *গুরুময়ুম ববিতা (১৯৬৭ - )* : সিংজমৈ রাংমা ক্ষেত্রি লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মণিপুরী সাহিত্যদা এম এ লোইরবীনি। শৈরেং ইবীনি। সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা শৈরেং ফোঙদোকশ্রে।

৩৬। *সনাজাওবী থৌনাওজম (১৯৬৮ - )* : সিংজমৈ ওইনাম থিঙেলদা পোকই। কাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফালদা ওংই। মণিপুরী সাহিত্যদা এম এ লোইরবীনি। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা শৈরেং কয়া ফোঙদোকশ্রে। মসাগী অপুনবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোক্লবা থৌরাঙ লৈরে।

৩৭। *তোম্বীতোন কাব্রবম (১৯৬৮ - )* : চমপানগর, জিরিবাম (মণিপুর) দা পোকই। জিরিদা ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোঙ 'লৈকোল্লুংদা' গী এসিষ্টেন্ট ইডিটর ওইরি। শৈরেং ইবগী লমদা পামজনা চঙশিল্লকলিবীনি।

---